# কংলৈবাক্কী ৱারী মচা মচাশিং

বাবী খোমজীনবা অমসুং লাইযেকপা
**নাওবেম অহনজাও**

ৱাবী ইথোকপা
**খাইদেম প্রমোদিনী**

**Kangleibaki Wari Macha Machasing**
*Compiled & Sketched* by Naorem Ahanjao
*Edited* by Khaidem Pramodini

অহানবা ফোঙবা ঃ ২০০৬ ইং
অফোঙবা ঃ কমপাইলব এন্দ এডিটব
থাংমৈবন্দ থিঙেল লৈকাই, ইম্ফাল।

ফংফম থোকপা পুন্নমক অফোঙবগীনি।
মমল ঃ লুপা ১০০/- (চাম্মা)

**লাইবিক ফংফম** ঃ কে পি সাউণ্ড ষ্টুডিও
ক্বাকৈথেল থোকচোম লৈকাই ইম্ফাল।

ঃ নেস্নেল বিসার্চ সেন্তব
মণিপুব য়ুনিভর্সিতি গেত, কাঞ্চিপুব

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক ইম্ফাল।

# লাইরিক অসিগী মরমদা খরদং পনজরবদা

লাইবিক অসিবু ফোঙদোক্লগে খল্লকপগী মবমদি মতম অসিদা মালেম লৈকোযপুঙগী মনুংদা লম লম খুদিংদা খুন্দাদুনা তোঙান-তোঙান লৈবিবা ফুৰুপশিংনা মাগী মাগী মশক তাক্লীংবা অমা পোক্লক্লে তাক্লীংলক্লে। কংলৈবাক অসিদা খুন্দাদুনা লৈবিবা কংলৈচাশিংসু মশক তাক্লীংবা পান্নক্লে ঐখোয কনানো হাযবদো। ঐখোয কনানো হাযবদো তাকপা তাববদি ঐখোযগী পাবী পুবী, ঐখোযগী ইপা ইপুশিং অসিনা চৎলস্বা খোঙ্গুল লীক্লম থিবা মথৌ তাই। হৌজিক নহারোল জাতিগী যুম্বৰেল ওইহৌগদৌবিবশিংনা যাম্না কন্না থিনবকপা মতম অমদা ওইবি। মসিদা অঙস্বা থৌদাং শকক যাজনীংঙি ঐখোযসু। মালেমসিদা কংলৈচা কনানো হাযবদো শক তাকচনীংঙি।

অদুবু ঐদি চহী যামশিল্লক্লবনিনা ইশা চৎথোকপদি ঙমদ্রে। উপায অমা তৌদুনা নীংজবিবা পামজবিবা থবক অসিদি পাঙথোক্তবা যাদে। ৱাফম অসি ঐগী ইপুৱা ইবুংঙো নাওবেমগী অহনজাওবু কৌদুনা তান্নে। মহাকসু ঐগুম্না থৌদাংদা শকক যানীংবা মীশক অমা ওইবন্নে। পাঙ্গল খবা ফবিবা ওইবনা অথাপ অথাপ্পদা চৎতুনা মফম অদুদা লৈবস্বা অহল লমনশিং অদুদা হংলগা অফংবা ৱাবী মখৈ খোমজীল্লক্লে হাযদুনা যাবে। খোমজীনবা হৌবে। ৱাবী খোমজীলকপতা নত্তনা মশা লাইযেকপা অমনিনা মানা যৌকস্বা লম অদুদগী ফংলকপা ৱাবীশিং অদুগা কোন্ননা মবী লৈনবশিং অদুসু লাই ওইনা যেকথোক্তুনা পুবকখি। ৱাবী অমসুং অযেকপা লাইশিং অদুগা লোযননা ঐঙোন্দা লাক্লুনা খুৎশিন্নবে।

অহনজাওনা পুবকপা ৱাবীশিং অদু ঐনা অমুক ইথোক্লগা নুমিৎ খুদিংগী ফোঙবা পাউজেল চেদা হাপতুনা ফোঙজখি। ফোঙখিবা নুমিৎ অদুদদি মযাম্না পানবমগনি। মতুং তাবদি কনানসু হন্না যেংলন্নোই। কনাগুম্বা থৱায যাওবা খবনা চেদু কক্লগা থনম্বদি যাই। মদু মশীং যামদে। মবম অদুনা ফোঙখ্রবা ৱাবীশিংদু অমুক খোমজিন্দুনা থম্লন্নবদি তুং কোইবা ৱাবী লাইবিক অমা ওইগনি হাযনা খনজবা অমা/অমনা

লাইবিক ওইনা লৈহৌববদি তুংদা লাক্কদৌবিবা মীবোলনা অমদি হৌজিক হৌজিক লৈবিবা নহাবোল খিবিক থিজিন খোৎচিনবা পাম্বা, খন্ন-নৈনবা পাম্বশিংদা মচাক ওইগদ্রা হায়না খনজবনা লাইবিক অসি ফোঙবগী পান্দমনি।

কংলৈগী শেল থুমগী হৌজিক ওইবিবা ফীভম অসি মযাম্না হেন্না খঙবীববনি। শেল থুমগী অৱাবা কয়া মাযোক্নবগা ঙসিদি লাইবিক "কংলৈবাক্কী ৱাবী মচা মচাশিং" হায়না মীংথোন্দুনা ফোঙজবে।

লাইবিক অসি খ্বাইগী মফমদা লাপ্লোকচবি।

খাইদেম প্রমোদিনী খাঙানবা

# য়াওফম তাকপা

# তাংখম চাউবা লাইপুবা



**তাংখম লাইপুবগী পুং**

ইম্ফালদগী অৱাং নোংপোক পাংবরোমদা পুখাও লাইন্দা কিলোমিতর ১১/১২ বোম চৎলগা মেন বোডতগী ওইবোমদা খজিক হাইহিজিল্লগা তাংখম খুঙ্গং লৈ। খুল অদুক হাক্লা চাউদবা, লৌ-শীঙ উদুনা চাজবা, মতম মতমগী ওইবা শীঙ চনবা, ই ফানবা, ঙা ফাবনচিংবা তৌদুনা চাজবা চন্না হিংজবা খুঙ্গং মচা অমনি। খুঙ্গং অসিগী খা-নোংচুপ পাংবদা শন্দোকখ্রিবা লৌবুক অমনা চীংযা থেংখ্রি। মীৎযেংদগী খবা তান্নপ্না চীংখোঙদা খুল মচা অমসু তাবি। মমীংনা শরৌথেল্। যেংবদা পুক্লিং হুনিংঙাই ওইবা ফজববা চীংগী নাপোমশিংনা কোযশিনবা অতোপ্পা মপান লম অতৈগা শন্নদবা খুঙ্গং মচা অমা মাল্লী।

চীংখোঙদগী পাক-চাউনা শন্দোকখ্রিবা লৌবুক অসিবু লম্ফেল পাৎ হায়না খঙনৈ। পাৎ অসিবু যন গাড়ী চৎপা যাবা লম্বী অমনা শকক অনী থোক্লা খায়দোকই। অমনা তাংখম পাৎ কৌই অমনা লম্ফেল পাৎ কৌই। কোংবা লাইফম মকদৈ হৌবকপা চীংদগী চেহুবকপা ঈশিংগী ঈচেল অমনা তম্পাক তন্নক্তুনা তাংখম

খুঙ্গংগী পাৎ অমদি লৌবুক্তা ঈশিং যেল্লী। তুবেলগী ঈচেল অশেংবা অসিনা অমুক তাংখম খুঙ্গং অসিগী অমোৎ অকায পূন্নমক চামথোকপিবল্লগা কোংবা তুবেল হাযদুনা চেঙ্খি। মসি অকুবা মৈতৈ ঐখোযগী লাইফম অমনি।

মতম অমদা লম্ফেল পাৎ অসি নিংথৌনা শোই (পাৎ) চাবম্মী। মীকোক অনী থমদুনা শোই অদু পান্নহল্লম্মী শেন্নহল্লম্মী। মমাঙগৈগী মতমদা থোকখিবা কাউঙমদ্রবা থৌদোক অমগী ৱাবীসু লৈ। শোই পান্নবিবা অনীদু শোইবোই শানজবা নৎত্রগা শোইবোই হঞ্জবা হাযনা-খঙনৈ। শোইবোই শানজবা অনী অদুদি তাংখম মচা চাউবা অমসুং যুমনাম মচা শুচীনি।

পাৎ অসি অৱাং শল্লম, মখা শল্লম হাযদুনা অনী থোক্লা খাযদোকই। অৱাং অমসুং মখা অনীমক্তা শঙ্গোমপাৎ, লৈঙাংপাৎ, লাইবেনশিবী, লুপা কোম, শঙ্গাই পাৎ, কোম শাং, শেম্বাং পাইবী, লৈহোম পাৎ, লাইবেন ফাবী অসূন্না মমিং থোন্দুনা পাৎ অসিবু শকুক মাপল থোক্লা খাযদোক্তুনা ঙাক শেনবগী থবক চখবম্মী।

নোংমদি ইঙা থা চঙলকপা মতমদা লৈবাক অসিদা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা ঙকখ্রবা থৌদোক অমা থোকখিবম্মী। থৌদোক অদু উপদ্রোপ অমনি হাযনখি। লম্ফোল পাৎ অসিদা ঙানা ঈশিং ঈমায থক্তা অহাঙবা মফম অমতা লৈহন্দবমখৈ চাখৎলক্রম্মী। মতম অদুদা ফংলম্বা ঙাশিংদি—খাবক, শবেঙ, পেঙবা, থবাক, ঙমু, ঙাক্রা, ঙাশেপ, ঙাতেন, খজিং ঙাতোন, ঙাচিক, উকাবী, ঙাবোয, ঙাখা, ঙাপাই অসিনচিংবা ঙা অতৈ অতৈ মখল শুনা ফংলম্মী হায।

অঙকপা থৌদোক অদু উবদা শোইবোই শানজবা মখোয অনীনা চেল্লক্তুনা নিংথৌদা ৱাফমদু হঙ্গৎলবে। অঙকপা থৌদোক অদুগী পাউ অদু ফংবদগী ইনিংথৌ অদো নিংথৌগী ফিজেৎ খ্বাংজেৎ নমখাংনচিংবা থোল্লদুনা নিংথৌ অমগী হৌনবী কাযদনা মনাই মশল লোযনবদুনা সনা খোঙলেঙলক্রম্মী। ইনিংথৌনা মফম অদুদা হেক থুংলবমক্তদা ঙা পূন্নমক অদু থবোই ওনখ্রে। ঙা অমতা মশক উবা ফংখিদ্রে। নিংথৌ শাউবনা মৈথোক্রে। শাউমনখিদুনা শোইবোই শানজবা অনীদো অঙাং ওলহল্লু হাযনা সনা যাথং তাকপীখি।

শোইবোই শানজবা মখোয অনিবু লৈপুং অমদা লৈবাক তৌথোক্তুনা ফুমজিনহল্লম্মী। ইনিংথৌ সনা খোঙলেঙখ্রে মনাই মশলগা লোযনবদুনা।

*অদুবু অঙকপা অমদি ইনিংথৌনা সনা খোঙলেঙগ্রবা মতুং কোনুং যৌবম্বা* যাবে হাযবা তাঞ্জা অদুদা ঙা মযাম অদু অমুক হন্না চাখৎলক্লে। মদু উবদা মযাম পূন্নমক ঙকপদা থেংখ্রে। প্রজা মীযাম হৌদুনা মবাল লৈজদবা শোইরোই শানজবা নুপা অনী অদুগী মথৱায কনবীযু। অদুগা অচুম্বা অঙকপা থৌদোক অদুবু সনা মীৎযেং তাবিবো হাযদুনা হঙ্গৎচববে।

ইনিংথৌনা মাইবা মাইবী-পুবগা, মনাই মশলশিংগা লোযননা অমুক হন্না মফম অদুদা সনা খোঙলেঙলক্লে। মাইবা, মাইবীশিংগী লাইফাও মতুং ইন্না সনা-লুপা, ফিজেৎ লৈতেং পূন্নমক লৌথোক্লুনা থন্নগা পাৎ অদুদা লেঙথদুনা সনা মীৎযেং তাবিখি। ঈবাৎ-থৌনিনচিংবা তৌবে। লৈবাক্কী যাইফনবা, চাকহোঙ-ঙাহোঙনবা, খুনজাও-লৈচাওনবা নিংথৌগা প্রজাশিংগা লোযননা পূন্না থৌনিজখি। লোযনা লোযননা শোইবোই শানজবা অনী অদু মবাল লৈতে হাযবা অদু খঙলক্রদুনা মখোয অনীবু ফুমখিবা মফম অদুদগী লৈবাক তৌথোক্লুনা লৌথোকখি। অমদি অসিবা হকচাং ওইনা ফংখি, মথৱায কলহৌবা ঙমখিদ্রে হায। অদুগা অতোপ্পা অমদুদি লৈবমদ্রে। থিবদসু ফংখিদ্রে হাযনৈ। অশিবা ওইনা ফংলিবা হকচাং অদুনা যুম্নাম শুচীনি। থিবা ফংখিদবা অদুনা তাংখম চাউবনি। অসিগুম্বা থৌদোক অমা থোকখি হাযনা তাংখম খুলগী মীশিংনা তাকপীবকখিবনি।

থিবদা ফংখিদ্রবা, ফুমফমদা মশা লৈবমদ্রবা, হকচাং অদুবুনা ঙসিদি তাংখম লাইপুবা হাযনা খঙনবি। মফম অসিদা হাযবদি তাংখম লাইপুবগী লৈপুং লৈবিবা অসিদা সনা লুপা শিদুনা, কে-মৌদুনা চঙবা যাদে। কবেম কথাইনবা, ফাগী ফাবাং তৌবা, উশিৎ থওইদনা তৌবসু যাদে। কবিগুম্বদা তৌকবা থোক্রবদি খুদোংথীবা নংগল্লী। শোইবোই শানবা অনী শিখিবগী অমসুং অশিবা হকচাং ফুমখিবগী মফম অসিবু তাংখম খুঙ্গংগী অমদি মণিপুব ইতিহাসকী মচাক অমা ওইদুনা হযেং তুংদা লাক্কদৌবিবা চাবোল শুবোল ফাওবা লৈহৌবি।

তাংখম খুঙ্গং অসিদা ঙসি ফাওবগী মনুংদা চহী খুদিংগী ইঙা থা হেক হেক যৌবকপদা তাংখম লাইপুবা মথি ফোংই হাযনৈ। মথি ফোংবা মফোংদি কোঙ্গোল ওইনা মশীং থীঙমদনা যাম্না থাগৎলকপা, ঙা ঙাক্তা তাউখৎলকপা, নৎত্রগনা উক্রোঙ, উকক, উতুপ ওইনা হেক তাউখৎলকপা অসিগুম্বা অসি থেংনৈ। মতৌ অসিগুম্বসি উবদা তাংখম খুঙ্গংদা লৈবা প্রজাশিংনা মফম অসিবু যাম্না কিনৈ। অদুনা ঙা ফাগে

যুম্নাম শুচিনা পাৎ অসিদা লৌ উনবা খুন্দানবা হোৎনকই। অদুবু মহাক নীংবা কায়বে। মতাও চাউবদা মানা হাযবে "ইতাও ঐদি ইশিখা পাৎ অসিদা খুন তাবা, লৌ উবা ঙম্মবোই" হাযনা যাম্না শূকথনা নীংবা কাযনা নুংঙাইতনা হাযবে। শুচিনা মাগী ৱা মখা তানা হাযবকই — "পাৎ অসিদি লাইবেল মকোল ওইবম্লে। মফম খুদিং লাইবেলগী লাইবেল ঙাক্তা ঙাইবে। ঐ যাম্না কিবে। মফম অসিদা খুন্দাবা, লৌতাবা ঐ ঙম্মবোই।"

মাগী মকপ যুম্নাম শুচিগী ৱা মুন্না তাবগা তাংখম চাউবনা হাযবকই— 'ইতাও' মদুগীদমক নঙ কবিসু ৱাকুগনু। লাইযামদু ঐ থেংনগে। ইতাওনা উতং ৱা অমতংদি থিবীবম্বা তাবে। ঐ হযেং ঙস্তা লাক্কে। হৌনবী খবা পাঙথোক্নুনা লাই ঈবাৎতবা যাদ্রে।" অসি হাযবম্মগা চাউবা চৎখ্রে। নোং হেক ঙানবগা মতাও চাউবা শুচিগী নাক্তা থুংলরে। ঈবাৎপৈ হৌনবী থৌবম পুম্নমক ঙম্না পাঙথোক্নবা মতুংদা উতং ৱা অদু মফম অদুদা যুংশিন্দুনা থনম্লে। ৱাদু যুংশিন্দুনা থনম্বা নুমিৎ অদুগী নোংঙানবদা উতং ৱা অদু কবম তৌবিবগে হাযনা যেংবা চৎলুই। লৈবম্লিবা মওংদু উবদা শুচি ঙকপদা থেংখ্রে। উতং ৱা অদুদা লাইবেল মযাম অদো যেৎশিন্দুনা শিদুনা লৈবম্লে। লাইবেল অমখক্তংদি শিবা ঙমদদুনা যাম্না ৱানা খাঙদুনা লৈবম্বদু থেংনবে।

মদু উবদা তাংখম চাউবনা শিদ্রিবা লাইবেল অদুদা মাগী মীংখৈ শোন্দুনা হাযখি— "হে লাই নঙ হিংঙো। হযেং তুংদা লাক্কদৌৱিবা মীৱোলশিংনা নঙবু শোযদনা থেংনবা যাওবক্কনি। মতম অদুদা থেংনবিবা মীওইশিংদুদা লাইচুদনবা থবক অমদি তৌবা তাবে। ঙসি কৌবা নুমিৎ অসিদা তাংখম চাউবা অমদি যুম্নাম শুচি অনীগা লাই নখোয মযামগা তৌনবিবা ৱাবী অসি লীবা ঙম্বা মীওইদদি লাইচুদবা ওইবসনু।" অসূন্না। মখা তানা "অদুগা লাই নঙদি, তুং কোইনগী ওইনা ইশিখা পাৎকী মৈবম পাংবদা লৈবি হৌবী লোক্তা নঙগী নযুম ওইদুনা লৈবো।" ঙসি ফাওবদসু লৈবি হৌবী লোক অসিদা লাই অসিবু থেংনবি। হাযনখিবা অমদি শবী নামুংনখিবা মতুং ইন্না লাইবেলগা চাউবা অমসুং শুচিগা তৌনখিবা অদুগী ৱাবী লীববদি কবিগুম্বা লাই অদু ওক্লববসু তীনচু লাইচুদে হাযনবী।

লৈবি হৌবী লোক্কী মনাক নক্লা কোম অমসু লৈবি। কোম অদু ঈবোই তাবী কোম হাযনা খঙনৈ। কোম অসিদবু ঈবোই পুৎথক্নবা হিংদ্রে। তাম্রিবা ঈবোইশিংদু মীযাম্না লৌখৎকে হোৎনববসু ঙসি ফাওবদা অমতা ঙমখিদ্রি হায়। ঈবোই মপু

মপুনা মাগী মাগী ঈবোইশিং অদু কোম মনাক নক্লা শজীক চাকদনবা কন্না শেন্নে হায়নবী। নৎত্রবদি কোম মনুংদা তাখিগদৌবিবনি মশক উবা ফংলোইদৌবিবনি।

ইশিখা পাৎ অসিগী মৈবমদা লৈবিবা লৈবি হৌবী লোক্তা হিংহৌবিবা অমতা ঙাইববা লাই অদুগী ময়ুম ওইদুনা ঙসি ফাওবা লৈবি। ঈবোই ময়াম পুৎথখিবা কোম অদুসু অদুম লৈবি। কোম অদুদা ঈবোইবু পুৎথত্নবদি লৌখৎপা ঙম্বগী রা ঙসি ফাওবা লৈত্রি। ঈবোই তাদুনা পুৎথখ্রিবা কোম অদুগী অকোযবদু "ঈবোই তাবী কোম" হায়না হৌজিকসু খঙনবি।

*বাবী! অসি যুম্নাম খুনৌদা লৈবা নিংথেমজাওনা লীবিবকপনি।*

# লোইবী চীংনুংগী খোঙ্হাং



ঙসিদৈ চহী ৮০ বোমগী মমাঙদা থোকখিবা থৌদোক অমগী ৱাবীনি। শম্বে অমসুং য়ুম্নাম খুনৌ অনী অসিগী মবক্তা পুখাউ লম্বীগীনা নোংপোক থংবা শকুক্তা লৈবিবা চীংশাংশিং অসিগী লোক্নুং অমদা থোকখিবা থৌদোক্নি। মতম অদুদা লোক্নুং অসিগী মমীং ঙাখালোক হাযনা খঙনৈ অমসুং কৌনৈ। লোক অসিগী অকোযবদা নোংপোক, নোংচুপ, খা, ৱাংদা তাবিবা খুঙ্গংশিংগী খুনজাশিংনা মফম অসিদা শীঙ চন্নবম্মী। উ যানফম ওইবম্মী অচৌ অচৌবা পামেল উপালনা কুঙনা হৌদুনা লৈতেংবা মহৌশাগী ফজবনা থল্লবা লোক অমা ওইবম্মী মতম অদুদা।

খুন্দ্রাকপম হাযবা খুঙ্গং অদুদা চাফামযুম চাউবা কৌবা নুপা অমা লৈবম্মী। মহাক খবদি লায়বৈ। লায়ববা নুপা অসিসু খ্বাইগুম্না শীঙ চল্লী, উ যানলী। মহাক মীযায় চল্লবা মীওই অমনি। মীযায চনশিল্লক্লবা চাউবগী মক ওইবা শিনফমদি

লৌউ-শীংউবা, উ য়ানবা, শীঙ চনবনা ওইবি। মাগী পীক্লিবা মচাশিংবু য়োকপা থাকপা ঙম্নবা মহাক কন্না থবক শূ নোম্মী। ফন্না কন্না শূ-নোমদুনসু মহাক্না মাগী মচাশিংবু শেৎপা চাবা মনিং থুংহনবা ঙমদে। মদুগীদমক লায়ববা চাউবা মথব্রায যাম্না ব্রাজবম্মী। অচৌ অচৌবা উ পাম্বী মযাম যাল্লী, শীঙ চল্লী, শীঙ খায। মদু যোল্লগা অশিংৎপা পৈশা অদুনা চান-থব্লবা হোৎনবদা ইকোনকোন্নদে।

মীনা শীনবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা হাযবা ইপা-ইপুগী ব্রাদো ওম্ভোক্লা চুমখ্রবা অমনি। চাফামযুম চাউবগী মফমদা অমদি মাগী লাইবক্তা নীঙবা থুংজৌ, নুংঙাইযু হাযবা তম্বিবমদ্রে। মচাশিংগী শেৎপা চাবা মনিং থুংনবা হোৎনবদা মপূম থীংলবা, মপাঙ্গল কেম্লবা চাউবনি। নোংমদি মহাক্লা চাউখ্রবা উজাও পাম্বী অমা যাল্লম্মী। চাউবগী মবাইবক থীবা হাযবা অদুনি উজাও অদো লৈখাযদুনা তুথবক্রে। উজাও অদুনা তুথবকপদা লৈথোকপা নংহৌদদুনা উজাও অদুগী উখোক অদুনা চাউববু ননখ্রে। মপাং কনাসু যাওদ্রবা চাউবনা অচিকপা চীংনুং অদুদা মহাকপু কনবীযু হাযবদুনা মাগী লৈজবী থাদুনা লাউজে। কনাসু লৈতবা চীংনুংনিনা মানা লাউজবা অদো কনানা তাবিগনি? অহিং চুপ্পা লাউ খোংদুনা অব্রা মৈচাক্তো মথন্তা খাংজবম্মী। মহাক্লা লাউবগী খোনজেল অদো লোইবী চীংনুং অদুদা খোম্থাং যৈ যৈদুনা চৎখ্রি। অদুবু লোকনুং অদুগী খোম্থাং অদো অবেম্বদা তাখ্রে। মাবু কনবীনবা কনাসু লাকত্রে মফম অদুদা তাবিনবা কনাসু লৈতবা মবম্না।

চাফামযুম চাউবনা মাগী পুন্সিগী অবোইবা মীকুপ যৌব্রুবদা মাগী মচাশিং, মাগী নুপী অমদি মাগী নুংশিজববা মকুপ মপাঙশিং অমমমতা ওইনা নীংশিংলকখি। মাগী কনবীযু হাযবা খোল্লাউ অমদি মাগী অব্রাবগী নাহে খোনজেলনা অহিং কযা চুপ্পা খোম্থাং যৈ-যৈদুনা লৈখি চীক্লবা লোইবী চীংনুং অদুদা।

চাফামযুম চাউবনা মযুমদা হল্লকমন্দ্রবদা মাগী শাগৈ নাতৈ মকপ মপাঙ পুন্নমক্লা চীংনুং মান্নুং মথং মথং চৎতুনা থিবম্মী। কাইনথংদা মবাযবক থীববা চাউবগী থব্রায যাওদ্রবা হকচাং অদো ফংলে। মহাক শিদুনা লৈবন্নে। মযাম অদুনা মাগী অশিবা হকচাং অদু পুবক্রে। চাউবগী মথৌ মঙম পুন্নমক পাঙথোক্রে। নীংঙমখিদ্রবা চাফামযুম চাউবগী থব্রায মিবেন্না উমং শঙবা অমা ওইনা কোযনা কোযনা কোযচৎ চৎতুনা লৈবী হৌজিকসু। নোংথী নোংমংবা অহিংগী মতমদা

মাগী মচাশিংবু মাগী নুপীবু কৌবি, থিবি। কবি কবিগুম্বা মতমদনা চাউবগী থৱায মিবেন্না হকচাংগী শক্রোন লৌদুনা কোযচৎ চৎতুনা উমং শঙলী। মনাক নকপদা লৈবিবা খুঙ্গংগী খুনজাশিংনা থেংনবসু যাউই। অকী অখং কযা অমা থোকইসু হাযনৈ। অসূন্না উমং অসিদা মী চঙবা ঙম্নদা লৈবি।

মবক অসিদা মশা মউ ফববা থোকচোম চন্দ্রহাস কৌবা অমনা মীনা চঙবা ঙম্নদ্রবা মফম অসিদা চঙদুনা ইংখোল কোইবি। থোকচোম চন্দ্রহাসনা উমং শঙবা চাফামযুম চাউবগী থৱায মিবেনগা শীংনদুনা লাকখিসু হাযনৈ।

ঙাখালোক হাযবা পাৎ অসে ঙসিদি চাফালোক হাযনা মমিং থোক্লে। অদুবু ঙসি ফাওবদা লোক অসিদা মী চঙবা ঙম্নদ্রি। ঙসিসু চাফামযুম চাউবগী থৱায মিবেন্না মাগী মচাশিং কৌবদো মবক মবক্তা চীংনুংসিদা খোম্থাং যৈবদো তাবী।

*হায়বিবা ৱাবী অসি খুন্দ্রাকপম খুন্দা লৈবা কোনসম সুবোল কৌবা নুপা অমদগী ফংজবনি।*

# তুবী লাইরেন ওন্দুনা
# লাই ওইখিবা লাইশ্রম তোম্বা



শঙ্গায পাৎ, মনিং পাৎ, খোংমন মক, ৱাংখৈ থাঙ্গপাৎ মপান, উচেক্কোনদগী অসুম চৎথ্রেগা যুবরাজ পল্লী, বাসীখোং মবীল, অকামপাৎ লৌবুক হায়বিবা তু-খোং-পাৎ মযামশিং অসিবু পুবা লাই অমা লৈ। হাযব্বিা লাই অসিবু মওং চাদনা থেংনব্বা অমদি উশিৎ থওইদনা তৌব্বা নুপা নত্রগা নুপী অদু শিবা ফাওবা যাওখী হায়নৈ।

থেংনবগী শকওংদি শঙ্খী ওইনা লম্বীদা লৈবম্বা নত্রগনা ঈশিংদা তাউবম্বা, ঙা ময়াম ওইনা চাখৎলকপা, ঈশিংগী ইপোম চাউনা চাউনা হৌবকপা, চৈ ওইনা তাউখৎলকপা, নোংলৈ নুংশিৎ ওইনা শিৎলকপা, অমুবা অচৌবা লীন ওইনা ঈশিংদা অমদি কংফালদা মশক উৎথোকপা অসিনচিংবনি।

হাযবিবা শক্তমশিং অসি ইঙা ইঙেনগী কুমগী নোং অহানবা চুথবকপা মতমদা থেংনগল্লী। ইং ২০০২ চহী অসিদা নিঙোম্বম প্রতাপ কৌবা শঙ্গায পাৎ মপান্দা লৈবা নিপা অমনা অকনবা নোংলৈ ওইনা থেংনখিবৈ ৱাবী লৈ। ৱাংখৈ থাংজম লৈবক্তা লৈবী ইকুংবম ওংবী গম্ভীনীনা মতম কুইববগী মমাঙদা শঙ্গায পাৎ অসিদা ঈল চিংবদা ঈলগী খোংজী মবিমক ঈশিংদা নাম্ভোকখি। মদুদা গম্ভীনীগী মশাদা অৱাবা চৈথেং কযা ফংখিবগী ৱাবী ঙসি ফাওবা কাউনদ্রি।

নিঙোম্বম কামদেবো হাযবা আই-সি-আই-আবদা চৌকিদাব ওইবম্বা অহল অসিনা চহী ১৫ বোমগী মমাঙদা খুদোংথীবা নংখিবগী ৱাবী অমা লৈসু হায। মদুদি শঙ্গায পাংকী মফম অমদা ঈশিংদা ঙা ওইনা তাউখৎলম্বদা মুসলিম নিপা অমনা থেংনরুই হায। নিপা অসিনা কবিগুম্বা ধর্ম্ম অমা শান্নদুনা মানা পাযবম্বা চৈ অদু ঈশিংদুদা থনমখি। মুসলিম নুপা অসিদি কবিসু ইতৌ তৌদনা চৎখ্রে হায। অদুগা কামদেবোনা থেংনকৄবা মতমদনা চৈ অদুদা মুশিন মুবা লাইবেল অমা যেৎতুনা লৈবম্লে। হাযবিবা মওং অসিদা থেংনকৄবা কামদেবো খুদোংথীবা নংখিবগী ৱাবী লৈখি হায।

ঙা যাম্না তোযনা ফাগনবা নিঙোম্বম প্রমেশ্বব কৌবা নুপা অমনা ঙা ফানবা ঈশিং কোম শীৎলি। কংনা শীৎতোক্লগা ঙা ফাবা লোইবগা অমুক হন্না কোমদুদা ঈশিং থাজীল্লি। অদুবু ঙা লৈখিদ্রবা তক্লা ফাদোকখ্রবা মফম অদুদা অচৌবা ঙানা ওনবগী শউম ফংই, ঈথক ঈপোম অঙকপা ফংনা হৌবা মযাম্না উনখি। মদু উবদা মীযাম্না অকিবা অমা পোক্লখিবৈ ৱাবীসু লৈখি হাযনৈ।

থাঙ্গপাৎতা অমুবা তযাব অমা তাউখৎলকই হাযদুনা লৌখৎলুই। লৌখৎলুবদা তযাব অদো তযাব ওইবমদদুনা লোইবা খম্বা নাইদ্রবা অশাঙবা, অহীংবা পোৎশক অমা ওইবম্লে। মদু থেংনবদগী খুদোংথিবা নংখিবগী ৱাবী লৈখি হায। অকোনবগী তযাবগী ৱাবী অসি থোংঙাম নিঙোল নুপিমচা কৌবী অসিনা মচা মশুশিংদা মমিৎমক্লা উহৌবনি হাযদুনা লীবিবম্বা ৱাবীনি। থোংঙাম নিঙোল নুপিমচা মশাগী চহী ১০৪ শুবদা নোঙ্গাখি।

অসুম্না কংলৈপাক অসিদদি লাইফম তিনফমগী ৱাবী অসি লোইবা নাইদনা লৈবি। কনাগুম্বা অমত্তনসু মসিমদি অচুম্বনি। মসিমদি অচুম্বা নত্তে ওইবা যাবোই হাযবা ঙম্নদনা লৈবি।

হাযবিবা লাই অসিগী হৌবকফম ওইবিবা ৱাবী অমা লৈ। ৱাবী অসিমক খোংমন মংজিন্দা লৈবা অহল মতম ওইব্রুবা মশাগী চহী ৮০ শুববা শামুবাইলাৎপম যোগেশ্বব শর্ম্মনা লীবিবকপনি। ৱাবী অসি পাথাং পুথাং যৈনা মথং মথং লীনদুনা লাক্লবা ৱাবীনি।

মমাঙঙৈদা কোংবা নান্দেবম লৈকাইগী নিংথৌজম লৈবক অসিদা মচিন মনাওখক্তা লৈজবা ইমুং অমা লৈবম্মী। মখোয মচিন মনাও যাম্না নুংশি চান্ননা লৈমিন্নবম্মী। মযাম্বা অসিনা নোংমা নোংমগী থোকঅবা থবক শু-নোমদুনা মখোয অনিগী চবা তাল্লম্মী। চীক্লা ঈংনা পানজৈ ইমুংদো। মনাও নিপা লাইশ্রম তোম্বদি মহৈ তল্লিবনি হাযদুনা শেন তানবা যাওদে। চানবা থিবা যাওদে। মমা মপানা থনম্বা লৌ-শীঙ খবসু লৈজবম্মী।

তোম্বা মযাম্বগী যাথং হিক্তোকপা তৌদনা কিন্না চৎলম্মী। চান্ননা-নুংশিননা লৈমিন্নে। নুংথিল নুমিৎ চুপ্পা থবক ৱানা শূ নোমলুববসু নুমিদাংগী মতমদা মচিন মনাও ফম্মিন্নদুনা নুংঙাইবা নুংঙাইতবা ৱাবী কযা শাদুনা নোকমিন্নে কপমিন্নে। অসুক্কী মতিক নুংশিননা লৈমিন্নবা মচিন মনাওনি। লাইশ্রম তোম্বা অসিনা মানা নুমিৎ খুদিংগী তমজবিবা মহৈ অদুগী চাংযেং অমুক্তুংদদি তৌদুনা যেঙলম্মী। মহাক্লা মযাম্বা খঙহন্দনা হন্না হন্না চাংযেং কযামুক তৌনবা হোৎনৈ। মযাম্বনা কবিগুম্বা তানজাদা থেংনখিগদ্রা চিংনদুনা হোৎনবম্বা চাংযেং মায পাকপা ঙমদদুনা তোকখিবসু যাউই।

অদুবু নোংমদি লাইশ্রম তোম্বগী মযাম্বনা অযুক ঙন্তাদগী থবক ৱানা শুরুবগা নুংথিল নুমিদাংৱাইবমদা মযুমদা হনজিল্লকপদদি মনাও নিপা তোম্বা মখোঙদৈ খ্বাং ফাওবা তুবী লাইবেল অচৌবা অমা ওন্দুনা মাঙ্গোল উখোকতেন্দা যেৎতুনা লৈবম্বা থেংনবদা মযাম্বগী থম্মোয শোক্রম্মী, যাম্না নুংঙাইবমদে।

তোম্বগী মযাম্বা অদুনা অকিবা, অঙকপা, নুংঙাইতবা পুন্নমক ফাওবক্তুনা হাযবকই — 'ইযাম্বগী ইবুংঙো তোম্বা। ঙসি নহাক্লা শান্নবিবা ধর্ম্ম অসি থুনমক থাদোকউ।" হাযবদুনা উবিক লুগুন মনাও নিপাগী ঙকশমদা হুকচিনবিবম্মী। অদুদগী হান্না লাইব্রেন ওন্দুনা লৈবন্নবা হুকচাংগী শরুক অদু তপ্না-তপ্না অমুক মী ওহোবক্তুনা মযাম্বগী মফমদা লাল্লে হাযনা খুকুমজখি। মচিন মনাও কোন্নদুনা কপমিন্নখি।

মতৌ অসুন্না নুমিৎ কযানি মরুম হৌখ্রে। চাদবদি যাদবনিনা শুব-নোম্বসু লেপ্পা যাদে। মযাম্বনা থবক শূবা থোকখ্রিঙৈদা মনাও নিপা লাইশ্রম তোম্বদো মশা পুম্বা মকোক মক, মমায মমিৎ লোযনমক লাইবেন ওহোকখ্রে। লাইবেল ওল্লদুনা মাঙ্গোলগী উখোকতেন্দা কাবা-কুমথা তৌদুনা মযাম্বা হল্লকপা ৱানা ঙাইদুনা লৈরে। মযাম্বনা থবক্তগী ৱানা হল্লকপা নুমিদাংৱাই মমলি মমলিবা তানজা অমদা উখোকতেন্দগী কুমথবক্রগা মাঙ্গোলদা লৈবম্বা থেংনবে। মনাও নীপাগী মতৌ অদু

উবদা নীংঙমদ্রবা অমদি উপায লৈত্রবা মযাম্বনা কপ্পা কপ্পা অবোইবা কাযনবগী যাথং পীবকই।

"ইযাম্বগী ইবুংঙো! তোম্বা, ইমা ইপানা ঐখোয অনিখক্তমক পোক্লম্মী। পীক্লা অঙাং নাৱা ওইবিঙেদা পলেম পম্বৌ অনিসু কাযনখ্রেদো। ইযাম্বগী নঙ্গলদা নহাক চাউবকখিবনিদো। অদুবু লাইগা মীগা লৈম্মীন্নবা যাদবনিনা ঙসিদগী ইচিন ইনাও ঐখোয অনি কাযনবা তারে। ইযাম্বগী ইবুংঙো ইযাম্বনা হাযবা ইন্দদুনা ইনাওগী নুংঙাইগদবা মপোক অমদা চৎখ্রগে খনখ্রবোইদো। নোংদম্বা মানা অসূম থোকউ হাযদুনা থোকখ্রিবা ঙাক্তনি। পুন্নমক অসি নোংদম্বা মানা তম্বনি। মসি থোকখ্রবসু ইযাম্বনা হাযগদবা অমখক্তংদি লৈবী। মদুদি পলেম পম্বৌনা থম্বীবম্বা ইচীন ইনাও ঐখোয় অনিগী হিঙ্গোলনুংগী পুখ্রী মচা অমা লৈবীবসে মসিদগী নহাক হেন্দোক্কনুকো।"

ৱাহে খবা অসি হাযবগা মযাম্বা অদুনা মনাও নিপা অদুদা অবোইবা কাযনবগী যাথং পীখি। নুমিৎ খুদিংগী মযাম্বনা মনাওগীদমক চাকথাক কাযদনা হন্দুনা পীজখি। অসূম্না চহী কয়া তাইবং মীবোল ফাওনদনা হিংমিন্নদুনা লৈবকখি।

অদুবু মতমগী মতুং ইন্না মযাম্বদি তাইবং মীওইবনিনা তাইবং চেঙজেল লোইবদুনা মীবমলেম থাদোকখি, খমনুং শাৱা তানখি। মযাম্বা লৈত্রবদা তোম্বগী চাকথাক হন্নবিনবা কনা লৈত্রে। কোযনা চৎতুনা মচিনজাক থিবা তাখ্রে। মযাম্বনা হেন্দোকনু হাযবা ইংখোল অদু থাদোকপা তাখি।

লাইশ্রম তোম্বা মনাও নুপা অদুদি নোংদম্বা মাগী খুজিন থৌবাং মতুং ইন্না মীওইপোক থাদোক্তুনা লাইগী শাইওন ওন্দুনা লৈখি! তু-খোং পাৎ কযাদা কোযচৎ চৎতুনা মযাম্ববু ঙসি ফাওবদা থিবি। অসূন্না ঙসিগী মীবোলশিংনা লাইশ্রম তোম্ববু শক্তম কযাদা থেংনবি।

মসিনি পাথাং পুথাং যৈনা ঙসি ফাওবা হিংদুনা লৈবিবা, কংলৈচা কয়াগা শাগোন্নবিবা ৱাবীশিং।

*খোংমন মংজীলদা লৈবা শামুবাইলাৎপম যোগেশ্বর শর্ম্মানা লীবিবকপনি।*

# ‘৫০’ লৌ



শম্বে খুঙ্গংগীদি মখা থংবদা চীংখু খুঙ্গংগীনা অৱাং থংবদা পুখাও লম্বীগীনা নোংপোক থংবদা অদুগা কোংবা তুবেলগীনা মমাঙ পাঙবদনি। চীংখু অমসুং শম্বে অনীগী মবক্তা “৫০ লৌ” হাযনা খঙনবা অকণ্বা লাইফম অমা লৈ। লাইফম অসি মমাংঙৈদগী হৌনা যাম্না কিন্নবা মফম অমা ওইবকই। লাইফম অসিগী মনাক্তা চৎলিবা লম্বী অসিদা কবিগুম্বা খুদি থীবা থোক্লবদি মী অদু মযুম যৌবা নংদনা শি হাযনা থাজনবা অমা লৈবম্মী। হৌজিকসু মফম অসি মযাম্না অদুমক কিন্নদুনা লৈবি।

লাইফম অসিগী মযায মক্তদা মতম খুদিংমক্তা কংবা লৈতনা ঈশিং তুংদুনা লৈবা মফম অমা লৈবম্মী। হাযবিবা লম অসিদা লৈবা নাগেশ্বর কৌবা নুপা অমনা তম্নকপৈ মতুং ইন্না অহোম্বা, ঈশিং লৈবিবা মফম অসিদা ৱা মপূম অশাংবা ৩ মথং মথং শম্নবগা থিনথবদা অদুম লোইবা নাইদনা চঙখি হায। হৌজিক মফম অসিবু

খুনজাশিংনা ঈবাৎ পূজা তৌনবি। মফম অসিদা খুনজাশিংনা পুত্রী অমা তৌদুনা মতম খুদিংমক্তা অবেপ্পা লৈতনা মীযামদা ঈশিং পীবি। হাযবিবা মফম অসিগী ৱাবী অমসু লৈবি। ৱাবী অসি থাযনা মীগা লাইগা শন্নবিঙেগী ৱা ওইনা তৌই।

ৱাবীদি অসিনি হাওরৌ খুঙ্গংদা হাওরৌমযুম চাউবা কৌবা নীপা অমা লৈবম্মী। মাগী তালোযনা কুমজা লেম্বী কৌই। মখোয অনী যান্না নুংশিননা পূকচেল খোযজেল তিন্ননা পাল্লম্মী। মখোয অনী নুংশিননা পল্লিদি হাযব্বু মখোয নংবদি ওহোক্লা নংলম্মী। মখোযনা থোকঅ থোকঅবা, মতম মতমগী ওইবা থবক ইনখাং শূবম্মী হাওবৌদগী লাক্লগা কোংবা তুবেল তুখুল লাল্লগা শম্বৈ চীংদা কাবগা শীঙ যান, ই ফান তৌদুনা হিংননবা লম্বী অমা ওইদুনা য়াম্না ৱানা যুম লিংলকই। মখোয অনীনা পূকচেল খোযজেল তিন্ননা পানবদু উবগা মীনা মখোযগী যুম্বান অসি তমজনিংঙাইনি হাযদুনা থাগৎনবম্মী।

নোংমা কৌবা নোঙ্গাশোইদা কুমজালেম্বীনা মতোমতা চৎতুনা শীঙ চল্লম্মী। কুমজালেম্বীনা ৱানদি শূজা-নোমজববসু মাগী অৱাৎপদু মেনখৎপা ঙমদনা লৈবী। মাগী অৱা অনংতনা যোল্লবা লাঈবনা লেনবা মপোক অদু উবগা হনুবী অমা খঙহৌদনা থোবক্তুনা হায়বৈ— "ইবেম্মা। নঙবু কনানো? নহাক্লা ৱানা শূ নোম্নিবসে ইমানা নুমিৎ খুদিংগী উই। নঙগী নতৌসে ইমানা যেংবা ঙমদ্রে। মবম অসিনা চীংমৈ অসিনা তাবিবা লম অসিদা যোৎপাক্লা যান্দুনা লৈপাক তৌবগা লৌ উবো। ইমানা ফৌদি পীগনি।

পূকচেল চাউববী ইমা হনুবী অদুগী থৌজালগী ৱাহে অদু তাবদা কুমজালেম্বীগী ৱাব্বা চোকথববা, হুমাংনা লূপ্পবা মাযথোঙদো হবাও মীনোক অমতং তমজবম্মী। ইমা হনুবী অদুগী যাৱা মপাউ তাজবগা কুমজালেম্বীনা পাউহংজবকই— "ইমা। ফৌদি অদুদি কবম্বা মতমদা পীবিনি?"

"সে সে লৌবো" হাযদুনা ইমা হনুবী অদুনা ফৌ খুবাম ৩ কুমজালেম্বীদা পীবিবম্মী। অদুগা হায — "ইমাগী ইবেম্মা। নহাক ইমানা তাকইবসে মুন্না তাওকো। ফৌদি খুবাম অসিনা লৌ উবদা ফৌপোৎ ৫০ থোক্কনি। অদুগা য়াম্না লুবা অমনা ফৌপোৎ ৫০ অসি হেক লোইবদা নখোয়গী পুল্লিদি লোইবেদো।"

ইমা হনুবী অদুগী ৱাহৈ অদু তাবদা কুমজালেম্বী পাখৎলে। নুংশা থীনা খুকমদুনা হাযবকই — "ইমা। ফৌপোৎ ৫০ অদু চাবগা শিগদবা লৈববদি ইমাগী ফৌদি অসি লৌজববোই।"

কুমজা লেম্বীগী পাউখুম তাবদা হনুবী অহল অদুনা মখা তানা হাযবকই — "ইমাগী ইবেম্মা। ইমাগী ৱা অসি অমুক্তা মুন্না তাখো। ফৌপোৎ ৫০ চাবা লোইববসু শিদনবদি ইমানা তাক্কনি। যেংঙোই নখোয়না লৌ উবদগী ইহান হান্না থোকপা ফৌদুগী লুক অমা ঙাবোং খাওদা হাল্লগা ফমথক শগাযদা থম্মো। অসুন্না চহী খুদিংগী ফৌ লুক অমমম ফমথক শগাই মথক্তা থমগদৌবনি। মদু কনাগুম্বা অমতদসু পীথোকপা যাদেকো। হেক পীথোকলুবদা নখোযগী পুন্সি চেঙজেল লোইববনি। মসি নখোয যান্না মুন্না খংঙুকো।"

ৱাহৈ খিবিক অসি হাযবল্লগা ইমা হনুবী অদো মফম খঙদনা মাঙখ্রে। মশক উবা ফংখিদ্রে।

ইমা হনুবী অসিগী পাউতাক মতুং ইন্না হাযবিবা চীংয়া অসিদা লৌ উবে। চাউবা অমসুং কুমজালেম্বী মখোয অনী চঙনা যোৎপাক্লা লৈপাক তৌদুনা লৌ উবা হৌবে। ফৌদি অদু হুনবা মতমদা মখোয়না খল্লী ফৌদি অসিদি যামদে হুনবা কোন্নবোই হাযনা। অদুবু ফৌদি অদুদি হুনবগী লোইবা লৈখিদ্রে। অসুন্না চীংয়া অদো নুমিৎ ৯ নি চঙনা যান্দুনা লৈপাক তৌখাযদুনা ফৌদি অদু হুনখি। অহল অদুগী পাউতাক মতুং ইন্না চহী অদু ফৌপোৎ ৫০ থোকই। অদুগা ইমা হনুবী অদুনা পাঙথোকউ হাযবা থবক খুদিংমক অমতা চিংথবা লৈতনা মখোয অনিনা পাঙথোকচবে।

অদুবু কুমজা খুদিংগী ফমথক শগাইদা থাঙ্গৎখ্রিবা ফৌ লুক অমমমদু কনাগুম্বা মীওই অমতদা পীথোকখিবা যাদে হাযবা ৱাফম অদুমদি কুমজালম্বীনা মাগী মপুবোইবা চাউবদা হাযদোকহৌদ্রে। চহী ৭ চঙনা ফমথক শগাইদা থাঙ্গৎখিবা লুক ৭ শুবক্রে। লুক ৭ শুবক্রবা মতমদা নোংমদি কুমজালম্বীদো মথন্নতা শীঙ চনবা চৎলী। মানা শীঙ চনবা চৎখ্রিৗঙেগী মতমদা লাইবেম্বী ৭ হৌনদুনা লৈকাইগী খুল্লক অদুগী নিঙোল শাবদুনা চাউবগী যুমদা ফৌদি পীদবা যাদে হাযদুনা ফৌদি নিবা লাকলে। চাউবনা অসুম খল্লকপদা ফমথক শগাইদা লৈবিবা অবিবা ফৌশিং অদু পীবগে নীংলে। অসুন্না লাইবেম্বী ৭ অদুদা লুক অমমম পীথোকখ্রে।

অসোমদনা কবম তৌবি হায়বদা কুমজালেম্বীনা শীঙ চনবদা চন্লীবা শীঙ অদু চিংথবকপদা পাম্বা কৈবেল কৈজাও অমনা শীঙ মতোন্দা য়ানবদগী শীঙ অদো চিংথবা ঙমদ্রে। সোমদনা মপুবোইবা চাউবনা ফমথক শাগাইদা থম্বা ফৌ লুক ৭ লাইবেম্বী ৭ তা পীথোকখ্রে। কুমজা লেম্বীনা কবিগী চিংথবা ঙমদ্রিবনো হায়না য়েংলকপদা কৈবেল কৈজাও অমনা শীঙ অদো ফাজিন্দুনা থম্বা ওইবল্লে।

কুমজা লেম্বীনা তৌবিবা থৌওং অদো উবদুনা হায়বকই — " ঐদি ইপুরোইবগী য়াথং ইন্দুনা শীঙ চনবা লাকচবনি। ঐগী ইবাল কবি লৈবগে ?" মীরোল থোক্লবা কৈরেল কৈজাও অদুনা কুমজালেম্বীনা হংজবকপা অদুগী পাউখুম কৈরেল অদুনা মীবোল লোন্দুনা পাউখুম পীবকই—

"ইবেম্মা। নখোযদি ইমা হনুবীনা পীবম্বা পাউতাক মযামদো লোইনা কাউথোকখ্রেদো। নপুবোইবনা নখোয়গী ফমথক শগাইদা থম্বা ফৌদি অপূম্বা মীঙোন্দা পীথোকখ্রে।"

কৈবেল অদুগী ৱা তাবদা কুমজা লেম্বীদো মানা চনজবিবা শীঙশিং অদু হুন্দোক্লমদুনা ময়ুম তান্না চেল্লক্লে। মপুরোইবদা হংবদা মপুরোইবনা লৈকাইগী নিঙোল ৭ লাক্লুনা ফৌদি নিববদা পীথোকখ্রে হায়না তল্লে। খুদক্তা কুমজালেম্বীনা তান্নবক্লুনা তাংবা খুনগী খুদোন্দা ফংলে। কুমজা লেম্বীনা অশাওবা অমগা লোযননা হায়বকই — "হে লাইবেম্বী ৭, নখোয়না চুম্না ফৌ পুবম্বা ওইববদি ফবে। মদু নত্তনা ঐগী ইপুবোইবগী মপূক ফবা অদুদা নখোযনা মীনমদুনা পুবা ওইবল্লবদি ঐদি শিন্থ্রগনি। অদুগা ঐগী ইপুবোইবদি শিবা যাবোই। নখোয ৭ মক ইপুবোইবগী তালোয ওইগদবনি।"

কুমজালেম্বীগী ৱাদু তাবদা লাইবেম্বী ৭ অদু পেনখ্রে। পেল্লদুনা ফৌ লুক ৭ মক অমুক হন্না কুমজালেম্বীগী ময়ুম তান্না থিল্লক্লুনা হনজিনবীবম্মী। অদুগী মতুংদগীদি কুমজালেম্বী অমসুং চাউবা অনি অৱাৎ অপা লৈতনা, চাকহোঙ, ঙাহোঙনা পানখিবৈ ৱাবীনি।

মফম অসিবু "৫০ লৌ" হায়না মীবোল কযাদগী ঙসি ফাওবা খঙনদুনা লাক্লি।

*ৱাবী অসি অহল মতম ওইববা খুন্দ্রাকপমদা লৈবা সনশম মনি মঙাঙনা লীবিবকপনি।*

# ক্বাক পিতম্বর

ইম্ফাল সহর মপুংযাযদৈ খা হাবম পাংনা হাইথবগা কিলোমিতার ৪০ রোম চৎলগা ককচীং লম্বী অমসুং পলেল লম্বী অনীগী লমখায় লৈ। লমখায় অসিদগী নোংচুপ পাংনা চৎখিবা লম্বীদু শুগনু লম্বীনি। ককচীং লমখায় অদুদগী কিঃ মিঃ ৪ রোম চৎথবগা ককচীং কৈথেল লৈ।

'মৈত্রবাক্কী পুৱারীদা ককচীং' হাযবা মযাংলম্বম গৌরচন্দ্রনা ইবা লাইরিক অসিগী মতুং ইন্না ইনিংথৌ গরীবনিৱাজনা কংলৈদা পানবা অসি চহী ৩১ নি। ইং কুমজা ১৭৪০ দা থৌবালদগী খুল হোংদুনা সেকমাই তুরেল মপান্দা খুন্দাখিবগী ৱা যাওবী। মদুগী মতুংদা হৌজিক লৈরিবা·খুনফম অসিদা মওং তানা লৈখি। সেকমাই তুরেলগী নোংপোক, নোংচুপ, অমসুং অৱাং থংবদা খুল তাই। খুলশিং অসি নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা ওইনা লৈককই। ককচীংবু ককচীং হায়না থোনখিবৈ ৱারী কযা অমসু লাইরিক অসিদা ইদুনা যাওবী। ককচীং খুঞ্জাও শরুক অহুম থোকনা খাযদোকই। নোংপোক থংবনা ককচীং খুক্লেন, অৱাং থংবনা ককচীং ৱাইখী, নোংচুপ থংবদা লৈরিবা খুন্না ককচীং তুরেল ৱাংমা হাযনা খঙনৈ। শরুক অহুম অসিগী শরুক অমমমদা লৈকায় কযামরুম অমসু লৈবী।

ককচীং তুরেল ৱাংমা অসিগী শরুক্তা মোইবাং লাইজী পাংবদা চীং অমা লৈ। খুনমৈ খুন্দোন্দা লৈবা চীংনি। তুরেল ৱাংমগী শরুক ওইনা লৈরিবা লমদম অসিগী লৈকাযগী মী শিবা-নাবা থোক্লবদি পোৎলোইবা মতমদা শীজিন্ননবা উ যোক্তুনা থম্বনি। উ যোক্তুনা থম্মী হাযবগী লমদম অসিবু উয়োক চীং হায়না খ্বাইনা কৌনৈ। হৌজিক ফাওবদসু উয়োক চীং হাযনা খঙনবী।

উযোক চীং হাযবা অসি লাইফম কয়ামুক লৈবা, শুরুং কযামুক লৈবা মফম অমনি। লাইগা মীগা শম্নবিঙৈ মতমদগী হৌনা অকৃবা লাইফমনি হায়না লৌনবম্বা মফম্নি। উযোক চীং অসিনা কোল্লিবা লমসি চাওরাক্লা একর ২২ রোম ওইগনি



হাযনা থাজনৈ। চীং অসিগী চীংমায অসি ৯ থোক্লা লোঙঙি। মফম অসি চহী কযাগী মমাঙদগী হৌনা লাইফমনি হাযনা খঙনবক্লিবনি।

ইনিংথৌ চূডাচান্দ মহাৰাজগী সনা হাক্তক চহী ১১০ বোমগী মমাঙদৈ হৌনা ঙসি ফাওবদা লেপ্লা লৈতনা ককচীংগী মীয়াম্না মতম মতমগী ওইনা থোকপা থৌদোক খুদিংদা ঈবাৎ-পূজা তৌদুনা লাক্লী। মফম অসিগী চীংগী খা থংবা অমদি নোংপোক থংবা মফমদা শুরুং লৈ। শুরুং অসি কংলাদা লৈবা নুংজেং পুখ্রী অমসুং ককচীংদা লৈবা তামনাওবী মবীলগসু ফাওনৈ হায। লাইগী পুৱাবীদা ইধৌ লৈনুং লোনজা পাখঙবগী ৱাবীগা মবী লৈনবা ৱাবীসু লৈ হাযনবী হাযনা তাকপীবকখি।



চীংগী চীংয়ায়দা অরুবা লাইফম অমসু লৈ। লাইফম অদুদা লাইগী শক্তি অমদি মতীক মযাই চেল্লবা, লাইগী পাউজেল পীবা কাক পিতম্বব কৌবা কাক মতৈ-মনাও লৈ হায়নসু তাকপীবকই। কুমগী অহানবা লৌতাবসি ফাইৱেল থাগী ৫ নি পানবদনি। লৌতাবা নুমিৎ অসিমক্তদা কাক অদু থোবক্কনি

অমসুং পাইথোবক্কনি। ক্লাক মযাম্না থোবক্তুনা পাইথোবক্রিবা অদু ক্লাক পিতম্বরনা লমজীংলক্কনি। ক্লাক মযামগী লমজীংবা ওইবিবা পিতম্বরবনা খোং খোংদুনা পাউ চেল্লমগনি। ক্লাক অদুনা পাইখিবা মাযকৈ, খোংবা খুৎখোং-লাকখোং, পাইখিবা মাযকৈগী মাযওন যেংলগা অমদি খোংখিবগী খোঞ্জেল অদু তাবগা অখণ্ডবা অহল লমনশিংনা পিতম্বরগী পাউজেল অদু কবিনো কবি হাযবিবনো হাযবা খঙবা ঙম্মী হাযনৈ।

খুঙ্গং অসিগী অমদি কংলৈপাক অসিগী ওইনা থোক্লগদবা অৱা-অনা, নুংঙাই যাইফবা, লৌউ-শীংউবা, চাথোক-ফৌথোক, লাযনা-তীন্না অসিনচিংবা হাযবা ঙম্মী হাযনসু তাকপীবকই। অদুনা লাইফম অসিবু ক্লাক থোকই হাযদুনা ক্লাক থোকফম নত্রগনা ক্লাক তোংফম হাযনা খঙনৈ।

মফম অসিগী মখা থংবা শকক্তা লৈবিবা চীংশা পবেং অসিদা চীংঙু পাঙ্গলবৈ খুবম অমসু লৈবী। হাযবিবা খুবম অসিদা লাইশঙ মচা অমা শাদুনা লৈ। চহীগী বাক্নী নুমিৎ থোক্লপদা ককচীংগী মীওইচা লীশীং লীশীংনা অযুক্তগী হৌনা নুমিদাং ফাওবা চীং অসি কানৈ। নুমিদাং অমম্বদদি মৈবা চমদুনা কানৈ। চীংঙু পাঙ্গলববু খুকন্নৈ। শুকংদসু খুকন্নৈ। ক্লাক তোংফম নত্রগা ক্লাক থোকফমবুসু খুরুন্নৈ। চীংঙু পাঙ্গলবদি নুঙ ওইনা লৈবনি। নুঙ অসি ফুট অনিমখাইবোম নিক্লি। চীংঙু পাঙ্গলবনা লৈবিবা মফম অসিবু কোকলেন হাযনসু খঙনৈ।

হৌজিক্তি লাইফম অসিগী সেবা চৎননবা কমিটি অমা শেম্লে। কমিটি অসিগী প্রেসিদেন্তনা যেংখোম ইবোতোন্না ওইবী, সেক্রেটরীনা নন্দবাম কৌই হায। মণ্ডিব শাবদি চহী ৩ লোম শুবে হাযবকই।

মুৎপা য়াবগী মওংদা লৈববা অমদি মুৎখিগদৌববা লাইফমশিং অসি কলহৌনবা মীযামগী কোক চুংশিন্নবা মতম যৌবে। কংলৈপাক্কী ওইবা পুৱাবীগী মচাক খোমজীন্দুনা থম্বা, তুংদা হৌবক্রিবা নহাবোল মযাম্না উহৌ-খঙজহৌনবা ঐখোয মযাম চঙদুনা থিজিনমিন্নসি অমদি খঙমিন্নসি।

*মথক্তা ইজখ্রিবা ৱাবীশিং অসি লীবিবকখিবশিংদি-মযাংলম্বম তোমচৌ, ককচীং মখা লৈকাই, অমুবা, শাবন লৈকাই, মাঙ্গোলজাও ককচীং তুবেল ৱাংমা অসিনি।*

# লুবাকনুংগী লাইথীবী লাইরেম্বী

তুবেলগী লাইজ ঈচেল ঈবৈনা পু
তোবৈ তুথেক কযা লান্না তাউথখ্রবী
লাইথী লুবাক। থাদখিবা হিদেনদা নঙবু
অমুক হল্লক নতাবোই মযাম্মু ঙাইবম্বদি
কবি য়াব্রা নপাউ কোলোযনিংবনো ?

ঙসিদৈ চহী ২০০ বোমগী মমাঙগী ৱানি। ইম্ফালদগী কিলোমিতব ৪৪ চৎলগা লৈবা ককচীং হাযনা কৌবা লমলেন লমদম অমনি। লমদম অসিদা থোকখিবা ৱাবীনি থম্মোয শোক্লা নুংশিখ্রবা। মতম অদুদা ককচীং মযাই লৈকাযদা যাইখোম পবেং হাযনা যুম পবেং অমা তাবি। যুম পবেং অদু হৌজিকসু লৈবি পবেং কাযদনা। পবেং অসিদা ক্ষেত্রিমযুম শাজৌ কৌবা অহল অমা লৈবম্মী। অহল অসিনা কবুই অঙাং অমা যোকই। অঙাং অদো নুপীনি।

ক্ষেত্রিমযুম শাজৌনা নুপীমচা অসিবু মপন পছৌ শক্লা পিশক পীক্রিঙৈদৈ, অঙাং নাব্রা ওইবিঙৈদৈ হৌনা নাওয়োক নাওকোন্দুনা যোক্লকই। নুপীমচাশিংনা যান্না পামজবা লাইথী শান্নবা, চাকথোংবী শান্নবা অসিনচিংবশিং অসি নুপীমচা অসিনা থোইদোক্লা পামজৈ। লাইথীবী শান্নবা অসি মমান্নবা মবক্তা শান্নবসু যাওবকই অদুগা মশা মতোমতসু শান্নজৈ। নুপী মচা অসিগী লাইথীবী অদুদি খোংজাই লুবাক হাযনা খঙনবা লুবাক অমদা হাপ্পুনা থম্মী। চাক থোংলগা থোংলিবদু মমান্নবা মযামগা চাক চানবৈ মওংনি। চাকলুক থাবা মতমদা মতা লাইথীবীগী চাকলুক্লা মকোক ইথং থংনা থাই। মবমদি মানা মতা লাইথীবীদা অৱাৎ অপা হংবদা খুদোং চানবনি। মতা লাইথীবীদা তত্তনা হংজৈ ইতা নবুক থল্লা চাও, কবি হাপকউগে হাযবনচিংবা। মানা মাগী মতা লাইথীবী অদুবু অসুক্কী মতিক নুংশিজৈ অমসুং নীংজৈ।

নুমিৎ খুদিংগী চাক চাবা মতমদা লাইথীবীবু মনাক্তা থল্লগা চাম্মিনবগী মওংদা মাগী শকদকসু তল্লগা থম্মী। মখোয অনী চাম্মিন্নবগী মওংনি। নুমিদাং ওইবক্তুনা

তূম্বগী মতম যৌব্রবদা-ইতা নঙসু তুম্মো ঐসু তূন্নগে হাযদুনা লূবাক মনুংদা নীংথিনা মোন খাঙহল্লগা, ফৈজুপনচিংবা শূফহল্লগা শুমদুনা হেক হেক থনম্মী। অয়ুক নোং হেক ঙানবগা লূবাক অদু পুথোক্লুনা ইতা হৌগৎলো হাযদুনা লূবাক হাংদোক্লুনা হেক হেক লৌথোকপী। অসূম তৌনা মতা লাইধীবী অদুগা লোযনদুনা চাউবকই নুপীমচাদু। পূংকক চাউবক্লে লৈশাবী মপূং ফাবকদৌবে।

ইখঙ খঙহৌদনা মাবু পোকপা মপন পঙ্গৌ শক্লা নাওকোন্দুনা যোকপিবকপা শাজৌ নোঙ্গাখ্রে। শাজৌনা নোঙ্গাখ্রবদা শাজৌ লৈত্রবা যুমদুদা নুপীমচা অদু লৈনিংঙক্লে। মাগী অশেঙবা যুম পোক্লফম অদুদা চৎনিংলক্লে। অদুবু শাজৌগী মচানুপা তোনজাওনা যাখিদ্রে। পাবা লৈখিদ্রবসু নঙবু চান্না নুংশিনা তৌবা ঐখোয খ্বাই মযাম লৈবী হাযদুনা মাবু খাল্লে চৎহন্দবে।

মতম্না অসুম অসুম হৌখিবনা কবুই নুপীমচা অদো লৈশাবী মপূং ফাবক্লে। মহাক্লা অঙাং ওইবিঙৈদগী শান্নজবকপা লাইধী লুবাক অদো ঙসিসু অদুম কাযদনা লৈবী। লাইনা তম্বীবকপা মীওইবগী লাইবক হায়বসে কবি থোক্লগদগে হাযবা কন্নানসু হাযবা খঙমদে। কবুই লৈশা মপূং ফাবক্লবী চনু নিঙোলদো মাগী মকপ মপাঙ, নুংশি চান্ননা লৈমিন্নবম্বা পুন্নমকপু থাদোক্লমদুনা নোঙ্গাখ্রে লাইগী খুযা তানখ্রে। লৈহৌবিবা খ্বাই মযাম্নসু মাবু নুংশিনা কাযনা-যাথং পীবিখি।

কবুই নিঙোল লৈশা অদুনা মানা অঙাং নাব্রা ওইবিঙৈদগী হৌনা লোযনবকপা শান্নমিন্নবকপা লাইধীবী অদুনা লৈশা অদুগী থব্রায মিবেলনা তাইবং হকচাংদু থাদোকখ্রবা মতুংদা অহিং কযা চুপ্পা লুবাক মনুংদা লৈব্বিা লাইধীবী অদুনা তেংথাবৈ, কপ্পগী খোঞ্জেলতনা তাদুনা লৈখ্রে ইমুং অদুদা।

মতৌ অসিদা ইমুং মনুংগী মীনা লৈকাযগী অহল লমন, মাইবা মাইবী, তানবগা ব্লাবেপ অমা লেপ্লবে। লাইধী লুবাক তুবেলগী ঈচেলদা তাউথহন্দুনা থাদোকখ্রসি হাযনা। লাইধীবী যাওবিবা লুবাক অদু ইমুংদৈ পুথোবক্লে। লেপ্লখিবা মতুং ইন্না সেকমাই তুবেলগী তোর্ব্বান্দা হৌবিবা হৈবোং পাম্বী অনীগী মবক্তা তাবিবা হিদেন অদুদা লাইধী লুবাক অদু থাদখ্রে। মপাঙ কাযনখ্রবী লাইধী অদো খোংজাই লুবাকমনুংদা যাহিপ তান্দুনা তুবেলগী ঈচেলনা পুদুনা অব্রাং পাংনা চেম্বদুনা পুখ্রে। তোবৈ তুথুপ কযা লান্না তাউথখ্রে লাইধী লুবাক অদো। সেকমাই তুবেল অসি শাজৌগী ইঙখোলগী মনিং হেক থংবদা চেল্লিবা তুবেলনি হৈবোং অনীগী কাবক্তা তাবা হিদেন অদু শাজৌখোযগীনি।

অঙকপনি তাইবংপান। নোংমা কৌবা নোঙ্গাশোইদা কবুই লৈশাবী অদুগী মমান্নবী ময়াম্না ঈশিং শোকপা লাকপদা থেংনরুবে, কবুই লৈশাদুগী লাইধীগী লুবাক তাউদুনা লৈবম্বদু। লুবাক অদুবু থাদখিবদি থা মখায অমবোম ফাখ্রবনি। ঈচেলনসু চেম্ন্থদুনা পুবিখ্রবনি। অদুবু লুবাক অদুনা অমুক হন্লক্তুনা লুবাক অদু থাদখিবা হিদেন অদুমক্তদা উরু উক লৈশীন লৈশীন তাউদুনা মতারোয মমান্নবীশিংবু ঙাইদুনা লৈবমলিবা? লাইধী লুবাক অদু উবদা লৈশা মযামদো ঙকপদা থেংখ্রে। মখোয ময়াম চেনখৎলক্তুনা অঙকপা পাউদু অহল লমন মযামদা তন্নবে।



লৈকাযগী অমদি শাগৈগী অহল-লমন, অখঙ অহৈ ময়াম কৌদুনা ৱাফম অদু খন্না নৈনবে। খন্নববা মতুংদা শাগৈগী অহল ক্ষেত্রিমযুম মায়পাক অমদি ক্ষেত্রিমযুম থম্মৌ অনীনা লাইধী লুবাক অদুবু তুবেলদৈ লৌখৎলে। মাইবা-মাইবী কৌবে। মাইবী লাইমাঙ ফমদুনা লাইগী লাইবাউ তাবে। লাইবাউ তাববা মতুংদা মফম চাবা অমা যেংলগা লুবাক অদু থম্নবা শঙ অমা শাবে। অদুগা ক্ষেত্রিমযুম শাগৈগী লাই ওইনা লাৎতুনা থম্লে। হায়বিবা লাই অসিবু কবুই লৈশাগা শান্নজবম্বী মাগী লাইধীবী লাইনি হাযদুনা "কবুই লাই" হাযনা ক্ষেত্রিমযুম শাগৈনা ঙসি ফাওবা লাৎলী।

ক্ষেত্রিমযুম শাগেগী লাই ওইনা চহী খুদিংগী হৈকৎ-লৈকৎ তমদুনা লেপ্পা লৈতনা হবাওবী। কালেন থাদা হবাওই। ঈকৌদুনা হবাওই। লাইপুদি, হাযবদি লাই মপু ওইবিবা অদুগী মমিংদি ক্ষেত্রিমযুমগী শ্যামনি। লাই হবাওবৈ থৌবম অপুম্বগী চৎনবী তোঞ্জাও অমদি অপুং মাইবগা মাইবা অনী অসিনা শেম্বনি।

হবাওবৈদমক উমং মচা অমা শেমগনি। শহী উপাল মচা মচা, থাঙজি, উচাল, উতংৱা মনা যাওনা, নাপু নশেল। ফিবাল অঙৌবা- ৩, যেকুম-৯, লফোই লফাঙ চঙ থোকপা ৯, যেন লাবা ২, শবেন চন্নবা ওক-১, শবেঙ-১, শূক -৭, যাম খবা, যাংকোক-২, ফক্লোং-১, ঈশিংফু-৩, কম্বী কেগাম-৩, ফৌ চেঙ, ঈশিং, চবান চফু হাযবদি চাক থোংনবা চফু-৪, উযানসু যাওগনি।

কাংচপ ৱা ২ না চপতুনা ওক অদো হাৎকনি। ওক অদুনা শিদ্রিঙৈদা ঈ খবা লৌবগা লাইদা কৎকনি। নুপী ৭ না শূক ৭ অদু পাযদুনা যাম শুগনি। শুবা লোইবগা খপকনি। মতম অদুদা কবুই মবোল লোনগনি। যাংকোক্তা যাম অদু পানা শন্দোক্লগা লাইগী খুদম চাংদম খঙবা ঙম্মিসু হাযনৈ।

লাই ঈকৌবগী থৌবমদা চঙবা পোৎচঙ ঃ-

ঙানু মকম ৩, যেন মকম ৩, লফোই লফাঙ চঙ থোকপা ৩, নাপু নাশেনলৈ, লৈশৌপূঙদা হৌবা নাতৎ পাম্বী, অঙৌবগা অশংবগা লাংবা নাপী, মৈতৈ ঙমু ৩, কবোক অফাবা খবা।

হৌবে হৌ হৌ হৌবে হৌ

কবুই লাই ইমা ইবেম্মা ঈকাবক্লে হাযদুনা কবোক অফাবদু চাই চাইদুনা ঈকাবক্কনি। কোম্ফোং যৌবা মতমদা ঙমু ৩ অদু কান্দুনা, চকমৈ থাবগা মৈদু কান্দুনা চঙগনি। লাই ঈকৌফমদি ইহান হানবদা তাউদুনা লৈবম্বা লাইধীবী লুবাক লৌখৎখিবা হৈবোং পাম্বী অনীগী কাবক্তা তাবিবা হিদেন অদুদা পাঙথোক্কনি।

ভৎনা-থানবা লৈতনা নুংশিনা লোযনজবকপা লাইধীবীনি। কবুই লৈশা অদুনা চহী নৌনা নোঙ্গাখিবৈ মবম মাগী অনিংবা অদু পাঙথোক্লবৈদমক মশাগী ওইজবা থাদোকখিবনি। কবুই লৈশানা পোনগুম্বা তাইবং হকচাং থাদোক্লম্লবসু মাগী শিবা নাইদবা থৱায মিবেলনা লাইধীবী অদুগী মবুক মনুংদা চঙদুনা লৈহৌবনি। লুবাকনুংদা খোঞ্জেল থোক্লা কপলীবদু লৈশা অদুগী থৱায মিবেলনি।

কবুই লৈশা অসিনা পীবন্নিবা পাউজেলদি কবুইগা মৈতৈগা অমতনি কায়নবা থাদোক্নবা য়াদে। নৎত্রবদি মৈতৈনা কবিগী কবুই লাই লাৎকনি, ঈবাৎ-পূজা তৌগনি, হৈকৎ-লৈকৎ তমগনি ? লেপ্পা লৈতনা কবিগী চহী চহীগী হবাওগনি ? হবাওবগী লাইমাঙ ফম্বদা মাইবীনা কবুই মবোল লোলকলিবদু কবুই লৈশা অদুগী থৱায মিরেলনা লোল্লকপনি।

*ৱাবী অসিবু লীবিবকপনা ক্ষেত্রি ইবোমচা।*

# খোংজোমনুবী নোংকা তমথ্রবী
# লুৱাং চনু তরেৎ



লমলেন কংলৈ পূংমযোলগা লুৱাং লমলেনগী লম অনী অসিগী পনখে লৈনৈ। লৈবাক অনীসিগী ভমখে খাযদোক্লবদি মাবজ্জিংগী চীংশাং পবেংনি। মাবজ্জিংগী চীংমায, খুন্দ্রাকপম খুল, কোংবা তুবেলগীনা মনিংথংবা লমদম অসিবু মবৈলোক হাযনা খঙনৈ। মবৈলোক হাযবিবা খুঙ্গং অসিদা মবৈ হাওশিংনা খুন্দাদুনা লৈবম্মী। মবৈ হাওশিং অসি মতীক মযাই যান্না লৈবা মখুৎ মশাসু হৈশিংবা অমা ওইবম্মী। খুল অসিদা লৈব্বিবা থাঙ যাযোইবা, খাংসুনহা তা যাযোইবা, অবাম্বাই, তেন্দোংনচিংবা শাদুনা খুৎ শা হৈবা কযামুক্লা পুন্না খুন্দামিন্নদুনা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা ওইনা লৈবম্মী। চাবা থকপা মবাঙ কাযনা চাকহোঙ ভাহোঙনা, খুৎকন্ন পাঙ্গলনা পানবা লৈবাক ওইবম্মী।

মখোযনা মবৈ চীংশাং পুন্নমক থুংনা চীংগী নাপোমশিংদা, চীংমাযদা কিহোম অমসুং মখল মখলগী হৈ-বা থাদুনা অবাৎপা লৈতনা নুংঙাই যাইফনা পাল্লকই। চীংমায অসিগী বাংমদা লুৱাংগী লমদমদি নত্তবা লমদা লমফেল পাৎ হাযবা অমা লৈবম্মী। পাৎ অসিনা কোল্লিবা লমদমদি তাওবেম খুল, শবৌথেল, খুনিংথেক অসিনচিংবনি। পাৎ অসিবু লমফেল হায়না খঙনৈ। পাৎচাও হাযনসু খঙনৈ। পাৎচাও

অসিদা লৈবিবা ঙাযাম অসিবু ফাবদি মবৈ চীংগী চীংমৈ অসিদা ফাই। মবৈ হাও পাখঙ পূন্নমক্না শোয চাবা হাযদুনা মফম অসিদা ঙা ফানৈ।

অসূন্না মবৈ হাও পাখঙ ৭ না শোয পান্নদুনা শোয় চাদুনা মতম শাংনা লৈবকই। লমফেল পাৎচাও অসোমদৈ ঙা কাবকপদা ঙাক্রা, ঙমু, পেংবা, থাবাক, উকাবী, ঙাহৌনচিংবা ঙাযাম অসিনা কাবকপৈ, লাকপগী মখোল, ঈবাওখোল অসি লুৱাং নিংথৌগী মমোমলোয লুৱাং চনু মচীন মনাও ৭ অদো হৌনদুনা মবৈ হাওখুল অসিদগী ঙা লৈকসি হায়দুনা লাকই। মখোযনা লাকপদা মানা মানা হেক ঙমজমখৈ কেদুনা লাক্লে। সনা লুপা লীক কোলসু যান্না শিনবকই। লুৱাং চনু ৭ অসি ফিজেৎ লৈতেংদুনা লাক্লিবসিগী ঈনিল তাববদা মবৈ চীংশাং অসিগী চীংমৈগী পাৎ অসিদা পূম্মু মুনা চাখৎতুনা লৈবম্বা ঙাযাম পূন্নমক মীৎনা কুপ্পদা ঙন্না মাঙখ্রে।

ঙাযাম পুন্নমক মাঙখ্রবদা শোয চাবিবা মবৈ হাও পাখঙ ৭ মক, খুনগী খুঙ্গাশিং অমসুং নিংথৌ য়াওনা যান্না শাউবে। লুৱাং নিংথৌগী মমোমলোয ৭ মকসু ইকাযবা নংলে। শাউমনখিদুনা মবৈ হাওযান্না লুৱাং চনুশিং অদুবু ফাজিন্দুনা থম্লে। হাযবে-নখোযনা অকে অমৌগী ফিজেৎ লৈতেংদুনা সনা-লুপা, লীক-কোল শিদুনা লাকপসিদা ঙা পূন্নমক মাঙখিবনি। অদুনা চৈবাক পীনবা নখোযবু ফাবনি।

ৱাফম অসি মবৈ খুলগী নিংথৌ অমসুং লুৱাং নিংথৌ, অখঙ-অহৈ মযাম শুনা তিন্নদুনা খন্ন-নৈনবে। লাইগী লাইপাউ অমতংসু তাসি হাযনা লেপ্পবে। লাইগী পাউজেল পাউতাক পীবক্লে। ঙাযাম পূন্নমক অসিবু অমুক হল্লকহনগে হাযববদি ওক অমা শবেন চল্লু। ওক্না শবেন চল্লবদি ঙায়াম পূন্নমক অসি অমুক হল্লকনি হাযনা তাকপিবক্লে। অদুদি মফম কদাযদা ওক ফংগনি? মাবজিং নিংথৌগী লমদমদা লৈবা মপাউ খুন্দগী ফংগনি হাযবে। ওক অদুদি কনানা লৈরুগদগে খন্নবকপদা মবৈ খুনগী পাৎশেন্নবা শোয চাবিবা পাখঙ ৬ না চোংথোবক্তুনা মখোয চৎকে হাযবে। অদুগা মনাও নুপা অতোপ্পা অদুদি থনম্লে। মখোয ৬ অদু ওক লৈবা মপাও খুল তমখ্রে। অসোমদনা কবম তৌবি হাযবদা লুৱাং নিংথৌগী মমোমলোয ৭ অমসুং মবৈ খুলগী শোয় চাবা পাখঙ অদু মখোয ৮ না পাৎ অদু শঙদুনা লৈহৌই।

অমবোমদনা কবম তৌবি? মবৈ পাখঙ ৬ মপাও খুলদা ওক লৈবা চৎখিবা অদুদি থুনা যাঙনা চৎতুনা খুল মনুংদা চঙখ্রে। খুল হেক চঙখিবগা খুলগী পম্লোংথিংবা

হায়বদু তৌখ্রে। মবম অদুনা মখোয় থোবকপা য়াদদুনা থা অমা চুপ্পা চাবা থকপা তৌদুনা লৈবা তাখি।

অসোমদনা মখোয় ৬ পু ঙাইদুনা লৈরিবা মখোয় ৮ না মখোয় ৬ কা পাউ ফাওনদদুনা লৈরে। লুৱাং চনু ৭ অদুগী অতোম্বী অদুগা মরৈ পাখঙ অতোম্বা অদুগা মখোয অনী লৈবাং লোনজীন চিন্না হৈবাং লোনজা চাদুনা য়ুম্বান লম্বীদা খোঙদা লৈবকপা থা ৩ হেন্রে। লুৱাং চনু অতোম্বী মরৈ খুন্দা লৈহৌরে। মচেম ৬ তি হলৱাইখ্রে। লুৱাং নিংথৌগী মমোম ৬ অদুনা মপা নিংথৌগী মোংবা শঙ্গাই তন্নকপদা মপা নিংথৌনা মমোম লাংলেন অতোম্বী যাওবক্তবদু উবদুনা চিঙ্গোই পাউহংলকই, “ইপাগী ইমোমশা ননাও অতোম্বীদি মফম কৈদা থনম্লে? ননাওবু পুবকউ। মাবু পুবক্তবদি নখোযসু চঙবা যারোই” হায়না তাকপিবক্রে। নিংথৌ অশাও খাম্বী মৈহৌরে।

মপা ইবুংঙোগী মফমলাংদা যাৱা পাউখুম পীবম্বা তৌদনা চনু ৬ অদো মপানলাংদো থোবক্রে। মচিন মনাও ৬ না অসূন্না খন্নে, ফবে হৌজিক্তি ঐখোযগী ফম্বাকথক্কী কুম্মৈ শান্নবা লোইবে। ঐখোয় ৬ মক কোবৌ নোঙ্গাখ্রসি হায়দুনা নোংকা লম্বী তন্নকপদা মনাও নুপীগী মফমদা চঙদুনা থোকখ্রিবা ৱাবম পুন্নমক তন্নম্মী। মবম পুন্নমক অদু তাবদা খঙলদুনা মনাও নুপী অতোম্বীনা মচেমশিংদা হায়জবকই, “ইচেম ৬ যাওদনা ননাও ইদোম কবম্না মালেম তাইবংপানসিদা লৈহৌগনি? ইচেম ৬ কী তুং ইন্দবা য়াবোই ইনগনি।” হায়না হায়রে।

মনাও নুপীগী ৱাহৈশিংদু তাবদা মচেম ৬ অদু মীৎকা মীৎকা মীৎচানা যেংনদুনা লৈবে। মনাও নুপীগী ওইবিবা ফীবম অদুদা ময়া কাখোক্তুনা কবিগুম্বা অমতা ফোঙদোক্লবা ঙম্নদ্রে। মতৌ অগুম্না ঙাইহাক তুমিন তুমিন লৈনববা মতুংদা মনাও নুপী অতোম্বীবু মীনুংশিগী মীৎযেংগা লোযননা মচেম অহন্না যাৱা মপাউ মেন্নকই— “ইনাও ইবেম্মা নহাক্তি নোংকা লম্বী চৎপা য়াবরোই। নঙগী পিবুকনুংদা অঙাং নাৱা চেঙঙা লৈবে। নঙ ঐখোয়গী তুং ইনবা যাববোই। ইনগে হায়না লেপ্লবদি নাৱা চেঙঙা অসি থাজা ৩ মপুং ফাববদি তাইবংগী শক্তম নত্রবসু উচেক্কী শক্তম ওইনা লৌথোকউ। অদু ওইব্বদি নোংকা লম্বীদা চৎতুনা কোৱৌ নোংমেদোন য়ৌবা যাগনি।

মচেম অহনগী মীনুংশিগী য়াৱা কোলোয় অসি তাবদা লুৱাং চনু অতোম্বীদো মপুক্লিংদা মাগী পিবুকনুংগী অঙাং নাৱা চেঙঙা অসি লৌথোক্লুগে খন্নে।

কনা খঙহন উহন্দনা লৌথোক্লে। লৌথোকলিবা নাবা অদু হবী নোংনাং ওইদুনা লৈবম্লে। নাবা হবী নোংনাং অদো ঙংল-ঙংলদুনা লৈহৌবে। মমা ওইবী লুবাং চনু অদুনা মচা ওইবা হবী নোংনাংদা যাবা পাউমেনলকই— "ইমাগী হবী নোংনাং। ইমাদি তাইবং অসি থাদোকপা তাবে। নঙদি মতম খুদিংমক্তা মপুগী কোলোয় শক শোন্দুনা তাইবং ওইবা মখোযদা নঙগী নুংশিবা খোঞ্জেলনা মপুগী কোলোয তাহল্লু। তাইবং কুম্মৈ মপুং ফানা যাওহৌখোকো। নমা ওইবী ঐহাক্তি তাইবং কুম্মৈ লোইবেদো। ইচেম ইবেম্মা ৬ কী মতুং ইন্দুনা খোংজোমনুবী নোংকা লম্বী তমখ্রগেকো।"

যাবাশিং অসি কোলোযবল্লগা মমা মচা কাযনবে। মচেম ৬ কী মতুং ইন্দুনা নোংকা লম্বী পাংখবে।

রাবী অসি "খোংজোমনুবী নোংকাবোল" হাযবা অদুদগী মতেক মচা অমতং লৌথোকচবগা লীজবনি।

*রাবী অসিবু লীবীবকখিবনা সনশম মনি মঙাং খুন্দ্রাকপম।*

# কোংবা মরু লাইফমলেন্দা হৌরিবা পামেল উপাল মচীন মনাও

ইম্ফালদগী সাইকুল লম্বীদা অৱাং পাংনা কিলোমিতৰ ২৩ লোম চৎলগা থাঙ্গাল মপাও চীং লৈ। চীং অসিগী চীংশাংসিনা শন্দোবক্নুনা অৱাংদা থঙ্গাল শুরুং, খাদা হঞ্জিং চীংমৈ লৈ। নোংচুপ্পা ইম্ফাল তুরেল চেল্লী। নোংপোক্তা ঈবিল তুরেল চেল্লী। চীংগী-চীংখোঙদনা কোংবা তুরেল চেল্লী। ঈচেলশিং অসিগী মযায়দা কোংবা মরু চীংজাও লৈ। চীংখোঙদগী কিলোমিতৰ ৩ লোম কাখৎলগা কোংবা মরুগী লাইফমলেন অসি লৈ।



লাইফমলেন অসি খাগেম্বা মহাবাজগী সনা হাক্তক্তগী ঈবাৎ পূজা তৌনবা হৌখি হায়নৈ। লাইফম অসিদা ঈকোম (পুখ্রী) অমসু লৈ হায। পুখ্রী অসিদা ঈরুপুববদি লাযনা, লাযথুংনচিংবা কোকই হাযনৈ। অদুনা খ্বাই মীয়াম্না পুখ্রী অসিদা হেক হেক ঈকপনৈ। মসিগী ৱারী থাঙ্গেশেংনা থোকখিবগী খুৎতম লৈসু হাযনৈ। পুখ্রীসিগী মওংদি অঞ্জি মওংনি। মফমসি কোংবা তুবেলগী হৌবকফম্নি। পুখ্রী অসিগী অশাংবনা ফুট ৬০ নি। পাকপা মবাক্না ফুট ২৫ নি। পুখ্রীগী অরুবনা ফুট ৪ লোম লুই হায। মীযাম্না ঈকপ্পদা নুংঙাইনবা হাযদুনা, অমদি খুদোং চানবা হায়দুনা ময়াম্না শেংদোকলুবদা শেল মযেক থেংনৈ হায।

শেলময়েকশিংদু থেনেবদে খাগেম্বা মহাবাজগী মতমগীনি হায়বদো খঙবা ঙমখিবনি হায়।



ইং ১৯৫৪ দা লাইশঙ মচা অমা শাদুনা বামোনশিংনা পূজানচিংবা কংতুনা সেবা চংচবম্মী হায। অদুবু হৌজিক্তি মৈতৈশিংনা সেবা চঙলে। মৈতৈ মীহুং ১৫ বোম্না পূনসিন্নগা কমিটি অমা শেমদুনা কমিটি অদুনা ঈবাং পূজা তৌদুনা ঙসি ফাওবা লাইগী সেবা চংথবী। ইং ১৯৭৯ দা এপ্রিলগী তাং ৮ দা নোংমাইজিং নুমিৎতা কমিটি অসিনা লাইফমসি লৌশিনখিবনি। অবাম্বম লুৱাংচা নিংথেমজাওনা "কোংবা মরু লাইফমলেন থৌবু কাঙলুপ" অসিগী থৌপুবেল ওইবি।

হান্না বামোনশিংনা সেবা চংলিঙৈগী মতমদদি হিন্দুশিংগী চবক পূজা মতুংদা চীংসি কাদুনা লাই খুরুম্নবম্মী। অদুবু কমিটি অসিনা লৌশিনখিবা মতুংদগীদি শজিফুগী নোংমা পানবা মতুংগী অহানবা নোংমায়জিংদা চীং কানরে লাই খুরুমনরে। লাইফম অসি মৈতৈশিংগী লৈসেমলোনগা মবী লৈনবা লাইফম অমনি। লাইনিংথৌ সনামহীগী মনাও ইবুংঙো পাখঙবনা "কংলৌতোন লৌথিবা" হাযবা মীংথোল লৌদুনা শাফোঙখিবগী ৱাবীসু লৈবী। মফম অসিদা লাইফম কযা মদম অমসু লৈবী।

লাইফম অসিগী অকোয়বদা খুন্দাবিবা খুঞ্জাশিংগী উ য়ানফম শীঙ চনফম ওইবি চীংশাং অসিগী অকোয়বদা লৈবিবা অসিনা। লাইফম্র অসিদগী য়োংলী

মখোঙ ৩ লোম লাপ্পনা উ পাম্বী মচীন মনাও অনী হৌবী। অসুক কুইবসি উ পাম্বী অনী অসিবু কনা অমতনা থেংনখিবা লৈতে। অসুক চাউখ্রবা উপাল অনী অসি কবম্না হৌদুনা লৈবল্লিবনো হায়বদু খুঞ্জাশিং অদুদা অঙকপা অমা ওইনা থোকখি। নোংমা ইং ১৯৫০ দা উপাল অনী অসি থেংনরুবে। খুঞ্জাশিংনা উ অসি যাল্লসি হায়না লেপ্লবে। খুন্দ্রাকপম খুন্দগী যাম্বেম, থোংগ্রাম অমদি যুম্নাম খুন্নৌ খুনদগী হৈখাম, পুখ্রম্বম, পাঙনবম হায়বিবা যুম্নাকশিং অসিগী অহলশিংনা পুন্না ফম্মিন্নদুনা ৱাবেপ্পখিবা মতুং ইন্না উ অসি যান্ননবা খন্নবে। মমাংঙৈগী অহল লমন্না চংনবম্বা মতুং ইন্না উ যানগদবা নুমিৎ অদুগী নোংমা ৱাৎলিঙৈদা শীংজঙ অমা যানগদৌবিবা উ অদুদা ঙাদুনা থম্নে। শীংজঙ অদুনা যানগদবা নুমিৎ অদুগী নোংঙাল্লকপদা মফম লেঙদনা লৈবম্বা থোক্লবদি উ অদু যানবা যাবে হাযবৈ খুৎতম্নি। অদুবু উপাল অনী অসিদা ঙাবম্বা শীংজঙদো লাপ্না লংথোক্কুনা লৈবম্বা থেংনরে।নুমিৎ অদুদা প্রজাশিংনা অঙকপা থৌদোক অদুগী মবমদা ইনিংথৌ বোধচন্দ্র মহাবাজদা হঙ্গৎলুবনি।

মহাবাজনা পাউদু ফংবদগী মনাই মশল, থৌগল লাংগন মী ৪০ বোমগা লোযননা মফম অদুদা লেঙবিবকখি। ইং ১৯৫২ দা ইনিংথৌ মহাবাজ অসিনা ঈবাৎ পূজানচিংবা তৌবা হৌখিবনি। উ-পাম্বী অনীদু ইচম চম্বা উপাল নত্তে হাযবদু মযান্না খঙনবকখি। লাইগী খুৎতম চাংতম ওইবল্লবদি লেম্না মাঙবা যাবা উপাম্বী নত্তে। কবি থোবক্কদৌবিনো হাযবা অদুমদি কনানসু হাযবা ঙন্নদ্রি। মীযামদা অঙকপা অমা ওইদুনা লৈবি।

অদুবু ঙসিদি কোংবা মকুগী উ-পাম্বী মচীন মনাও হাযনা মীযাম প্রজানা খঙনবে। উপাল অসিগী চাউবনা লৈপাক্তগী ফুট ৫ বোম কাখৎলগা ওনবদা উ পাম্বী ১ দি ফুট ১৩ না কোল্লী। অদুগা অতোপ্পা অমদুনা ফুট তবাহুমদোই মখায কোল্লী। উপাল ২ অসিগী মবেপ অৱাংবদি ফুট ১৩০ ওইবম্বা যাই হাযনৈ। উ পাম্বী ২ অসি নোংপোক নোংচুপ ওইনা হৌই।

ৱাবী অসি অবাম্বম লুৱাংচা নিংথেমজাও কোংবা মক লাইফমলেন থৌপু কাঙলুপকী থৌবুবেনগা পুং ৯ বোম খবা হেন্না ফম্মিন্নে। মদুদা মহাক্না ৱাবী অসি লীবিবকখিবনি।

হৌজিক্কী মতম অসি পাবী পুবী কন্না থিনবকপা, ইপা ইপুগী খোঙ্গুল থিনবকপা, লীবকপা হৌখ্র মতমদা থোকখিবা কযাবু শীংথানবপা অহোংবা, অওনবা অমা

পাম্নবক্রবা মতম্নি। কবম্বা অহোংবা? ইপা ইপুনা থোনবিবম্বা যুমফমদা অনৌবা চাওখৎপগী শঙলেন অমা শাগৎপনি।

অদুনা নহাবোল থিজীন খোচিল্লীবা পুৱাবীগী পূকৈ চোম্নবা হোৎনবিবা কাণ্ডকুগী মাঙদা থমজবি—কোংবা মরুদা হৌব্বিা উ পাম্বী অনী অসি কবম্বা মখলগী উশক্লো? কবম্বা মতমদগী হৌবকপগে ঙসি ফাওবদা চহী কযা পুঙ্গিব্বগে? হাযবা অসি বিজ্ঞানগী পাম্বৈ শীজিন্নদুনা থিজিনবিযু।

অমনা মাঙ তেল্লক্রবা তুং শাংহৌববা অহল মতম ওইবক্রবা হৌজিক হৌজিকমক্তি হিংদুনা লৈবিবা অহল লমনশিংদগী হংবা যাবা হংবিহৌ, লৌবা যাবা লৌবিহৌ। মখোয়দা কান্না-কান্নববা ৱাবী মযাম লৈবমখিনি। ৱাবীশিংদো লীথোকঅমদনা থুপখিবা থোক্রবদি কনাদনো ঐখোযনা হংলুগদবৌবিবা অসিবু। ঐখোয় কবিমতা খঙহৌববোই, হংফম লৈববোই মখোযদগী পুৱাবীগী মচাক ওইনবা অঙম্বা লৌসি হযেং তুংগী মীবোলগীদমক।

*ৱাবী অসি অবাম্বম লুৱাংচা নিংথেমজাওনা লীবিবকপনি।*

# চীংঙারেল লাইরেম্বী কুথাপনু



**চীংঙাইলেন (চীংঙাবেন) লাইরেম্বীগী মফম**

মৈতৈ সনা কংলা লৈকোযপুংনি। কংলাদা সনা খীং খীং ঙাংবনা পানবা মতম্নি। লৈবাক মবা তপ্না ঈংনা খুঞ্জাও লৈচাওনা পাল্লকই। মতম অদুদা লৈবাক নিংথৌগী থৌগল তৌদুনা মনাই ওইনা নামোই অহোঙনা লৈবকই। মতম শাংনা লৈবক্লবা মতুংদা নামোই অহোঙগী তাপ্লোয ইবেম্মদো নোঙ্গাখ্রে। মচানুপী অমগা নুপা অমগা যাম্না অঙাং ওইনা থনম্মী। নামোই অহোঙ পাখ্রা ওইদুনা লৈবে। পাখ্রা ওইববা নাম্মোই অহোঙনা মচা নুপী অমদি মচানুপা লোম্মা অনীবু চাউননবা যোক্লকখি। মচানুপী অদুগী মমিংনা কুথাপনু হায়না কৌই।

মতম অদুগী লৈবাক্কী নিংথৌ ওইবিবা সনা খীং খীং ঙাংবা অহল মতম ওইশিল্লক্লে। অহল মতম ওইশিল্লক্লবদা মচা ইবুংঙো লমযাই ঙানবদা নিংথৌ-খুবম শিন্নবে। লৈবাক মবা তপ্নবা, খুঞ্জাও লৈচাওনা পান্নবা ব্রায়েন-থৌদা খুৎশিন্নবে। পূন্নমকপু পূকমেন পাউমেন্নবল্লগা লৈবাক নিংথৌগী থৌদাংদগী লাপ্না লৈখি। ইনিংথৌ লময়াই ঙানবনা মপম্থৌ সনা যাথং হীক্তোকপা তৌদনা মপম্থৌগী হাক্তক্তগী মনাই ওইনা থৌগল তৌজবক্লবা নামোই অহোঙবু মাগী মনাই ওইনা থৌ পুহল্লম্মী।

নামোই অহোঙনা অপোকপী মমা য়াওদনা পীক্লিবা নাৱা অঙাং অনী অদুবু অৱাবা কোঙ্গায খাঙদুনা চাউননবা যোক্লককই। অসূন্না ৱানা হোনবকপদা লৈকায পুবী ঙানু চীংযাই লৈমা ইবেম্মনা অচৌবা মতেং পীদুনা লাকখি। ইমোইনু ইমাগী শাইওন ওইবী কুথাপনু অমদি মৌপুৱা নুপা লোম্মা মখোয অনী অপোকপা মপা ইবুংঙো অহোঙ অমসুং ঙানু চীংযাই লৈমা অনীগী মীযেংখাদা চাউবকখি। হৌজিক্তি মখোয অনীমক লৈশাবী মচা পাখঙ মচা ফাবক্লে। চাউবক্লবনিনা মপাগী অৱাবা অদু উবক্লে, খঙলক্লে। ইনিংথৌ ইবুংঙো লমযাই ঙানবনা খুঞ্জাও লৈচাওনা, যাইবী মবাঙ কাযনা পাল্লক্লবা মতম্নী।

নোংমগী কোবৌ নুমিৎতা মদাইবেম নামোই অহোঙবু কৌশিল্লগা সনা যাথং তাকপিবকই— "ইপু নামোই অহোঙবা, ঙসিদি ইশু ইপুগী লৈবাক অসি খুঞ্জাও লৈচাওবেদো, লৈবাক পূন্নমকসু যাইবী মবাঙ কাযজবেদো। অদুনা ইপুনা অতোপ্পা লমদম অমদা অমুক চৎতুনা অনৌবা খুঙ্গং অমা শেমগৎলুবো মদুদা নশূনা অঙম্বা মতেঙ পূন্নমক পাংলক্কনি।

অসূন্না ইনিংথৌনা সনা যাথং তাকপিববদা নামোই অহোঙ মচা অনীবু পুবগা লৈবাক প্রজা খবগা লোযননা অৱাং চীংখৈ পাংববোমদা খুম্লোকহনখি। অনৌবা মফম অদুসু মতম খবগী মতুংদা খুঞ্জাও লৈচাওনা পাল্লক্লে। ইনিংথৌ লমযাই ঙানবসু লমলেন লমদম অদুদা সনা খোংলেঙলক্কুনা মীৎযেং তাবিবখি। ইনিংথৌনা অসুম লেংঙকপদা নামোই অহোঙনা লৈবিবা লমলেন্দু ৱানা যৌবকখি। হেক যৌবা মফম অসিবু যৌন-পূং হাযনা মমিং থোনখি। ঙসিদি মমিং অসি খবা খবা থৈথবক্কুনা যৌববুং হাযনা খাইনা খঙনবিবা অসিনি।

অপোকপী মমা য়াওদনা মপানা মচা অনীবু চাউননবা যোক্লকপা অসিদা মপাগী অৱাবদু উবদুনা নোংমদি কুথাপনুনা মপাবু যেংলদুনা হাযজবকই—"পন্থৌ অপোকপা নমোন্না যাৱা চীঙ্গোইজবসে তবীযুদো লৈকায পুবী ইমা শক্লবী ঙানু চীংযাই লৈমসি ঐখোযগী ইতেঙ পাংবদা যান্না ৱাবক্লে। মহাক ঐখোয়গী ইমা ওইনা লৌশিনবিবদা কবি অকাযবা লৈবগে? লৌশিনবিবা যাবোইদ্রা?' যাববদি খবা লৌশিনবিযুবা পন্থৌ"

মমোমগী নুংশিবা ৱাহৈদু তাবদা অহোঙ খুম্ফম খঙখিদে। মমোন্না হাযবিবদু মপুক্লিংদদি কযা যানিংলমদে অদুবু মচাগী নীংবা কাযগদবা অদু খল্লুবদা যাৱা অমফাও

চীনবানথোঙদা ফোঙদোকপা ঙমখিদে। হযেং তুংদা মচাশিং অদুগী মমিৎতা মপী তাগদবা অদু উদুনা যানিংদবনি। অসূন্না লৈবিঁঙে তাঞ্জা অসিদা মচানুপা লোম্মাসু মচেন্না হাযখিবা অদুগা চপ মান্ননা মপাদা হাযবরে। নুংশিববা মচা অনীগী মপূক্লিংগী অপাম্বদু নামোই অহোঙনা মুন্না খঙলে। খঙলবদা মমাগা নৌনা কাযনা মৈশা ফংহৌববা, মমা ওইব্রীগী নুংশি মীৎযেং ফংলক্রবা মচা অনীগী" — যাব্রাদু হীক্তোকপা ঙমখিদে। লৈকায পুবী ঙানু চীংযাই লৈমবু নামোই অহোঙগী অনীগুবা তালোয ওইনা লৌশিনখি।

ইমুং-মনুং নুংশি চান্ননা পাঞ্জবে। অপোকপী মমাগী নুংশি মীৎযেংগী মহুৎ অনীগুবী যোকচবী মমাগী নুংশি মীৎযেংনা শিন, হবাও তযান্না, ব্রাৎতা পাদবা ইমুং অমা ওইনা অনৌবা ব্রাখলগা লোযননা থম্মোয থম্মোয তিন্নদুনা পাল্লক্লে। লাইগী নোংদমখোনবু কনানা তম্বা ঙম্বগে ? কুথাপনুদি ইমোইনু অহোঙবী ইমাগী শাইওননি। অদুবু মীওইবে মপোক্তা পোক্লক্তুনা তাইবং চিঞ্জাক চাদুনা হিংলে। নোংদম্বগী থৌশীল অসুম থোকউ হাযনা তমলম্বদু কুথাপনু লীৎফদনা ফংখি। পূকচেল চাউবী, মীযোক মীচান ফব্বী ঙানু চীংযাই লৈমগী পিবুকনুংদা ফত্তবা লাই চঙখ্রে। ফত্তবা লাই অদুনা চঙদুনা কুথাপনু অমসুং মাগী মপুব্রা লোম্মা অনীবু মতৌ কবম তৌবগা মাঙহনসিগে হাযনা চীংযাই লৈমা খনবা হৌবক্লে।

নোংমদি পোক্তবী মমানা কুথাপনুবু মাঙহল্লগে খন্দুনা তুবী লাইহৎলোন থাজীনবা হৌবক্লে। কুথাপনুগী মপূক মনুংদা থাজিনখিবা তুবী লাইবেল অদুনা কুথাপনুবু নৈবা হৌবক্লে। কুথাপনু ঙাওনা ফৈন্না নাবক্লে। মমা পোক্তবীগী শবৈসু কনবা অসুম হেনজিল্লক খাঙবা ঙম্লক্তদুনা চেনবা তাখ্রে। নোংমা অহিং তাংলৌ অথেঙবদা মৌপুব্রা লোম্মাবু পুবগা খোল্লেন তূমখুল তাল্লিবা মপঙ্খৌবু খুকমলগা ইমুংদগী লোন্না মপাল থোবক্লে। নোংঙাল্লকপদা নামোই অহোঙনা মচা অনীমক লৈবমদ্রবদা থম্মোয শোক্লা নুংঙাইখিদ্রে। ব্রাখলনা অনাবা লোযদুনা হোইনি মাইনি হায়খিদ্রে। নুংঙাইতবনা ব্রা ঙাঙবা থোকখিদ্রে।

মচিন মৌপুব্রা অনীদি অসুম চেল্লকপনা লীক্লাই পুককশৌবী যৌবক্লে। মফম অদুদা ফংবা শীংমুৎ,কম্বোং, ইনানা খাঙপোক শঙ মচা অমা শাজবে। অফংবা কম্বোংনচিংবা চাদুনা মতম খবা লেল্লক্লে। অসুন্না ব্রানা লেল্লক্লবগী তুংদা লাইগী নোংদমখোন লাক্লেদো। মৌপুব্রাগী চীন্দম্নবা অফংবা খবদু নুমিৎ খুদিংগী মাঙবা

হৌবকই। অসূন্না মফম মবাঙ খঙদনা মাঙবা অসিদা লোম্মানা কনানা চাথোকখ্রিবনো হাযনা থিবা হৌবকই। নোংমা অহিং মীৎশেন খাঙদুনা তাংলৌ থেঙলফাওবা মখুৎতা তেনজৈ পায়বদুনা মীশক খঙগে হাৎলগে চাবিবা মীদু হাযদুনা ঙাইদুনা লৈবম্মী।

ইশী শিনা খোমলেন তুমখুন হুন্দুনা যাহিপলিবী মচেমগী মনাতোন মখুন মচা অনীদগী অপিকপা তাংজা লীলহা ৭ খক থোবক্কে। অদুগা লৈপাক যৌববা মতমদা অচৌবা তুবী লাইবেল ৭ খক ওন্দুনা লোম্মাগী অচাপোৎ অদু চাথোক্কে হাযনা হোৎনবকপা তানজাদা লোম্মানা মখুৎতা পাযবিবা তেন অদুনা লাইবেনশিং অদুদা হাৎলগে হায়না শীঙলকই। মতম অদুদা তুবী লাইবেন ৭ অদুনা তাইবং মীবোল লোনদুনা হাযবকই — "হে তাইবং ঐখোয ৭ পু হাৎকনু। নচীন নৌপুৱা অনীমক তাইবং মীবমলেন্দা মী ওইনা পোক্লবসু অচম্বা নত্তেযে। নচেম ইবেম্মা কুথাপনু ইমোইনু ইমাগী শাইওননি। তাইবং কুম্মে শান্নগে হাযদুনা মীবমলেন্দা খোঙদাবকপনি। পূন্নমক ইমা ইবেম্মগী লীলানি। ইমাগী লীলা অসি যেংখোকো। হযেং কবিগুম্বা কোৱৌ নুমীৎ অমা লাকখিনিযে কোৱৌ নুমীৎ অদুদা নচেম ইবেম্মা কুথাপনু লৈমরেন ফমথোন কাগনিযে। মৌপুৱা ওইবা নহাক্না কংলৈ লৈকোযপূং অসিগী নিংথৌ মথং খনবা ওইদুনা পানগনিযে। লৈবাক মবা তপ্না চাকহোঙ-ঙাহোংনা পানগনিযে।"

অসি ৱাসি হাযবল্লগা তুবী লাইবেল ৭ মক মীৎনা কুপ্পদা মাঙখ্রে। লোম্মা ইঙক ঙক্না অহাঙবা মালংদা যেংদুনা লৈহৌই।

অসূন্না তুবী লাইবেল ৭ না চৎথ্রবদা মচেমগী অনাবা কোকহৌবে। মচেম ইবেম্মা কুথাপনু নোংমা নোংমগী অসুম অসুম মশক ফজবা হেঙ্গৎলকই। নোংমা নোংমগী থৌশীল থৌদাংদি লেপ্পা যাদে। মচেম ইবেম্মা কুথাপনু অমদি মৌপুৱানুপা লোম্মা থাপ্না চৎতুনা চাননবা থিবা চৎলি। নোংমগী কোবৌ নুমিৎতা কংলৈ কংলা ইনিংথৌগী মনাইশিংনা কুথাপনুবু থেংনবম্মী। কুথাপনুগী শক অঙকপা ফংনা ফজবদু উকবদা ইনিংথৌদা কৎলুবগে হাযনা নীংদুনা কুথাপনুবু নিংথৌ মনাইশিং অদুনা ফাদুনা পুখ্রে।

কুথাপনুনা মানা ইনবা চবৈ ইনফি অদু মচেৎ মচেৎ শেগাযদুনা থাদবম্মী লম্বীদা। কবিগুম্বা মৌপুৱা নুপা অদুনা মচেমগী খোঙ্গূল লীবকপা থোক্লবদি ফিজেৎশিং অদুনা লমজীং লমতাক্লবনি। মৌপুৱা নুপা কৌদুনা কপ কপতুনা চৎখিবনা মশক উখিদ্রে। মথং মথং চৎখিবনা চীংদোং অমা যৌবে। চীং অদুদা

কাখৎতুনা মৌপুরা লৈবা মাযকৈবোমদা যেংদুনা কৌ-কৌদুনা কপ্পা কপ্পা লোম্মানা লাকপা ঙাইজখি। মানা ঙাইবা চীং অদুবু চীংঙাইলেন কৌখি। ঙসিগী মীবোলনা চীংঙাবেন হায়না কৌনবিবা, অমদি খঙনবিবা ফৌবে মানবা চীং মচা অসিবুনি।

ঙসি ফাওবদা কুথাপনুনা মৌপুরা নুপা লোম্মাবু ঙাইদুনা চীংদুম মচা অসিগী মথক্তা লৈবী হায়না থাজনবী। মবক মবক্তা কনা কনাগুম্বনা চীংঙাবেন লাইবেম্বী অসিবু থেংনবসু যাওবী। চীংঙাবেন লাইবেম্বী অসি কুথাপনুগী থৱাযনা ওনবনিসু হাযনৈ। অদুগা লাইবেম্বী অসি থেংনববসু কবিগুম্বা অমতা তৌদে। তাইৱং মীওইবদা অকি অখং তুজুংবা পোকহন্দেসু হায। হৌজিক্তি ইমা লাইবেম্বী অসিগী খুবম যাদুনা লাইশঙ মচা অমদি শাবে।

কুথাপনু নিংথৌ মনাইশিংনা ফাদুনা পুবক্লগা নিংথৌদা শিন্নববে। নিংথৌনা কুথাপনুবু লৈমবেন ফমথোন কাহনবিবে। অদুবু মৌপুরা লোম্মাবুদি থিবদা ফংবা কৌবা মবৈখিদ্রে। লৈমবেন ফমথোন কাববসু কুথাপনু ঈংনা চীক্লা লৈবা ঙম্নমদে। মৌপুরা ফংননবা হোৎনবনা মাগী মথৌ ওইবম্মী। নিংথৌগী মনাই থা থাদুনা মাযকৈ মবিমক্তা থিহল্লী। অদুবু কান্নবা অমতা লৈখিদে। থিবা ফংখিদে। মৌপুবা লোম্মানসু মচেমগী মশক উবক্তবদা অৱাবগী ঙমখৈ লৈখিদবে। লেপ্পা লৈতা মচেম্বু কৌ কৌদুনা থিবি।

মচীন-মৌপুৱা উনবক্তবা থাবুম কযা হৌখ্রে কুমজা কযা লানখ্রে। নিংথৌনা উপায অমা পুথোবক্তুনা মাযকৈ মবিমক অমতা ওইনা চাক খাঙদুনা মৌপ্পা লোম্মাবু থিবা হৌবক্লে। অসূম্না অৱাং মাযকৈ, মখা মাযকৈ, নোংচুপ মাযকৈ চাক খাংদুনা থিবদা ফংবা মবৈবক্তবদা অহিং কযা কুথাপনু কপতুনা লেল্লম্মী। ইকোন কোনবদা নোংপোক মাযকৈ চাক খাঙলে। চাক চাবিবা মীযাম্বু অমমমতা ওইনা যেংদুনা কুথাপনুনা মৌপুৱাবু থিবকই। ইখঙ খঙহৌদনা মচীন মৌপুৱা মীৎ চানকরে। মচেম্না মৌপুৱানি খঙলকপা, মৌপুৱানা মচেমনি খঙলকপা মীৎকুপ অদুদা মচেম্বু খুকমজদুনা মচীন মৌপুৱা অনীমক নোং খোংবগুম কপশ্মিন্নবে। তিল্লিবা মীপূম খুদিংমক ঙৱুখি। হৌখিবা ৱাবী কযাবু লীদুনা তাহল্লবদা লৈবম্বা পূম্নমক কপ্নখি।

মৌপুৱা নুপা লোম্মাবু সনা কোনুংদা কৌশিল্লে। ইনিংথৌগী অচানবা মনাই নামোই অহোঙগী মচা ওইবম্বদুদা ইনিংথৌদো অমুক্তা হেন্না হবাওখ্রে। মথং খনবা ওইনা নিংথৌনা ফম থিন্দোকখি লোম্মাদা। মচীন মৌপুৱা অনীনা সনা কোনুংদা

নুংঙাইনা লৈবক্রে। মসিদা মখোয়না অৱাবতনা মশকক ওইজবক্রবা অহল মতম ওইবক্রবা মমা মপা অনীবু নীংশিংলক্রে। মমা মপাবু কোনুংদা কৌখৎতুনা চাক্রেন পীজখি। অৱা নুংঙাই ৱারী কয়া লীনখি।

মমা মপা অনীনা হনখিবদা অৱা পোৎথানবা, অবাম খৌবাং কোক্লবা হাযদুনা চুহিং উতোং অনীখক পীবম্মী। অহল মতম ওইবক্লবা মমা মপা অনীনা অৱা পোৎথাগে লম্বী লমশাঙ চৎপা ৱাবে হাযদুনা মফম অমদা পোৎথাই। চুহিং উতোং অনীদু পুথোক্তুনা অমমম পাযদুনা থৱক্লে। মপানা থকপা উতোংদুদা যাওবম্বদি চুহিং অশেঙবা ওইবম্লে। অদুগা মমা অদুগী উতোংদি খোইবী নিংথৌ ঙাক্তা ওইবমদুনা খোইবী নিংথৌনা চীক্তুনা অহল ওইববী ঙানু চীংযাই লৈমা পুন্সি চেঙজেল লোইদুনা যাইবী থৱায থাখি।

য়াইবী থৱায থাব্রবা মমাগী উক্রোঙ হোঙবনচিংবা লোইখ্রবা মতুংদদি মপা অদো মথন্নতা ঙায়বে। তবক্লা মথন্নতা লৈবা অদু কুথাপনুনা নুংঙাইত্রদুনা মপাবু কোনুংদা কৌখৎতুনা থমখি। কোনুংদা নুংঙাইনা যাইবী মবাঙ কাযনা পানখিযে কংলৈ লৈকোযপুংসিদা।

*ৱাবী অসিবু লীবিবকখিবা নাওবেম বাবু, পাঙ্গৈ।*

# লাইনিংথৌ সনামহিগী খুভম লমলেল ৱাঙ্গোই

থৱায পানবা জীব কযা মশীঙ লাকঙদনা, অমদি উপাল ৱাপাল কযা, নাপী শীংবী কযা, উবী ৱাবী কযা তাইবং মপুনা শেম্বা লোইবে লোইববা তুংদা মপুগী হকচাংদগী পুথোবক্তুনা শেমখিবা লাইযাম পূম্নমকপু মাগী মাগী মথৌ শিম্থা পীবগে হাযনা তাইবং মপুনা খল্লক্রে। মাযকৈ মবী শুংদাই নিপান হাযদুনা লৈবিবা মাযকৈ পূম্নমক অসিবু ঙাক্লনবা মথং মথং লাইযামশিংবু মাগী মাগী শিম্থা পীবা হৌবক্রে। শীন্দোকপা মতম অসিদা থাবম ঙাক্কদৌবিবদি নুপীনি কৌনু লাইবেম্বীনি। কৌনু লাইবেম্বী হান্ননা কৌব্রুগী নুপী ওইদুনা লৈববনি।

কৌব্রুদি কোবৌ নোংমদোন থক্তনা ৱাংপুবেল ওইদুনা লৈগে অদুগা খাগী মাযকৈদনা ৱাংব্রেন ওইদুনা লৈবগে হাযনা চোংথোবক্রে।

ৱাংব্রেননা মানাও ইবুংঙো সনামহী যেংলদুনা হায “শানৌতোন। নতৈমা ইবেম্মা কৌনু লাইবেম্বী কৌকবো নতৈমা কৌনু লাইবেম্বীগা লোযনবে হাযবগা লমক্লেন চীংনুংহুৎ শীংজঙখোক্কী লমদম অদুদা ইচিন-ইনাও চৎসি। মফম অদুদা পাল্লুবসি”। অসি হাযবদুনা সনামহীবু কৌনু লাইবেম্বীগী মফমদা থাবকই। মতৈমা কৌনুনা মনাওনুপা সনামহীগী ৱাফম পূম্নমক মখ্যা খনা হাযবকপদু তাবগা পাউখুম পীবকই। ‘ইবুংঙো। নতৈমা ঐদি চীংনুংহুৎ শীংজঙখোক্কী লমদম অদুদা চৎপদি ঙম্মোই। চৎপা ঙম্মোইদবগী মবম্মদি হযেং পোইবৈতোনগী খুম্থোবকপা মতমদা মফম অদুদা অপুম অশা, হুমথী নমথীববা মখল মখা কয়াগী মনম যাওববা পোৎ কযা তাওথবকখিদৌব্বিবনি। অদুদা নতৈমা ঐদি নুপী ওইবীগী হৌনবী খোইদৌ থেনবীনি। অদুনা চৎপা ঙমলোই। নযাম্বুংগা ঐগা উনগদবা মফমদি হযেং মহাক্লা নোংমদোন্দা কাবক্রুবা মতমদা উনগদবনি।”

অসূন্না মনাও নীপা সনামহীদা হায়বক্রুবদা সনামহীনা মতৈমগী মফমদৈ কাযননবা যাথং লৌবগা মযাম্বুং ৱাংব্রেনগী মফম লাংদা হল্লক্রে। মতৈমনা হাযবকপা ৱাফম পূন্নমক অদু শুগাইনা মযাম্বুংদা হঙ্গৎলে। সনামহীনা ইতৈমা ইবেম্মা কৌনু লাইবেম্বীদি চৎপা ঙম্নবোই হাযবকলে হাযববদা মযাম্বুং ওইবা ৱাংব্রেননা হাযখি-

"এঃ শানৌতোন। অদুদি ইচিন ইনাও ঐখোয অনী চৎলসি।" হায়না সনাযাথং তাকপিববদা মখোয মচিন মনাও অনী চৎননবা থৌবাং তৌবে। মখোযনা তোংদুনা চৎননবা সনাগী হি অমা শেম শাবে। সনামহীনা সনাগী নৌবেল অমা পাযবে। ময়াম্বুং ৱাংব্রেননা লুপাগী নৌবেল অমা পাযবে অদুগা খা মাযকৈ পাংনা হোম্বুবে। মতৈমা কৌনু লাইবেম্বীদি থনম্লে। মচীন মনাও অনীদু তবা চযোম শেমদুনা পুই। মখোয় মচীন মনাও অনীনা হি অদু অসুম হোম্বুবকপনা ৱাঙ্গোই লমলেন লমদম যৌরে। ৱাঙ্গোই যৌববা মতমদা ৱাংব্রেননা মনাও নিপা সনামহী যেংলদুনা সনাযাথং তাকপিবকই — "শানৌতোন হি অসি ঙহাক লেপখিসি।"



মযাম্বা ৱাংব্রেননা তবা চযোম চাখিসি হাযদুনা হিদগী তোর্ব্বান মথক্তা কাখৎলে। মচীন মনাও তবা চযোম অদু থোক্তুনা মখোয় অনীদো চাম্মীন্নরে। চাবা থক পা লোইরবা মতুংদা মযাম্বুং ইবুংঙো ৱাংব্রেননা হায, "শানৌতোন। নঙবু মফম অসিদা তবা চযোম চাখিসি হায়বদি মবম অমা লৈবননি। ঙসি ঐখোয অনীনা পোৎথাবিবা, চয়োম চাবিবা মফম অসিদা নহাক্কী খুভম অমা থনম্নবনি। হযেং তুংদা লাক্কদবা তাইবং ওইবশিংনা খঙজহৌসনু লাইনিংথৌ সনামহীগী খুভম হাযনা। খুভম অসিগী লাইশক খঙনা, ৱাবী খঙনা, ৱাবীগী লীক্রম কাযদনা, মবম চুন্না, ঈবাৎ চবান থাদুনা, থৌনিজদুনা খুকমজববদি মহয পীবিগনি। তুংদা হৌবক্লিবা তাইবং ওইবশিংনা অনাবা খবাই

লাইকন্নববোই তিনকোক লাইকোক্কনিএ। চুন্না খঙনা থৌনিজববদি লৈবাক খুঞ্জাও লৈচাওগনিএ। চাকহোঙ ঙাহোঙগনিযে। লৈবাক মবা তপ্পা পানগনিএ।”

অসুম হাযনা মযাম্বুং ইবুংঙো ৱাংব্রেননা মনাও ইবুংঙো সনামহীদা লীবিখিযে তাইবং ওইবশিংনা খঙজহৌবশনু হাযনা।

ঙসি ঐখোযনা উবিবা খঙলিবা ৱাঙ্গোইদা লৈবিবা সনামহীগী খুভম অসি মতৌ অসুন্না ওইখিবনি। মসিগী ৱাবী অসি খঙনা ঈবাৎ থৌনি তৌববদি, পূজা কৎচববদি অফবা নুংঙাই যাইফবা পীবি। নৎতদুনা লান্না ওন্না তৈননা তৌববদি, উশিৎ থওইদনা তৌব্ববদি মী মশাগী ওইবা, লৈবাক্কী ওইবা থবক্তা অকাযবা, অমাঙ অতা কযা থোক্লিংঙাই ওই।

*ৱাবী অসি লীবিবকখিবনা খুন্দ্রাকপম খুন্দা লৈবা সনশম মনি মঙাংনি।*

# ইবেনধৌ ইমোইনু অহোঙবীগী শাইওন হৈনৌখোঙনেম্বী



ঐনা পীক্লিঙৈ অঙাং ওইবিঙৈগী ৱানি। ইমাগা ঐগা ফুঙ্গানাক্তা মৈ তীক্লি। মৈ তীক্রবসু ইমাদি থবক লেপ্তে। তওৎ পাযদুনা লং হল্লি। ঐনা ফুঙ্গানাক্তা ফমদুনা উৎ হোৎতুনা চীঙদুম মচা মচা উৎনা শাদুনা শান্নবি। ইমানা হায-নঙ ফুঙ্গাদা হোৎ শান্নবিদো লাইকৃদদি খোৎচিল্লুনুকো। উৎ লাইকৃদা পৈকনু, খোঙহামপুল খিল্লুনু। লোক তীল শিৎচিনবা যাবা মফম নত্তেকো। যুম অমগী-মনুংদা খ্বাইদৈ লুবা মফমদি ফুঙ্গা লাইকনি হায়নবিবনি। থক কাউগনুকো।

— ফুঙ্গা লাইকবু কবিগী লুবিবা?

— ফুঙ্গা লাইকদি ইবেনধৌ ইমোইনু অহোঙবীগী লৈফমনি হাযনে।

— ইবেনধৌ ইমোইনু অহোঙবী হাযবু কনানো হা ইমা?

— লাইরেম্বীনে লাইরেম্বী। ৱাৎত পাদবী, হীকুবী যাইকুবী, চাক্লুবী লনকুবী।

লাইরেম্বী অসিনা ফৌকৈদা লৈবগনা ফৌওইবী হাযবনে। ঐখোযনা চৈবাওবা নুমিৎতা সিধা কৎলিবা মৈ পূজা তৌবিবসে নবেনখৌবু খুকমজদুনা নুংঙাই যাইফজগে হাযদুনা থৌজাল নিজবিবনে। ফুঙ্গা লাইব্বু কবিসু থওইদনা তৌরম্বদগী থোকখিবা ৱাবী অমা লৈ। ৱাবী অদুবু নঙ তানিংব্রনে?

— তানিংঙি ইমা লীবিয়ু।

অসুন্না ইমানা ঐঙোন্দা লীবিখিবা ৱাবীনি। ইমানা হাযখি হৈনৌখোঙনেম্বী হাযবা হৈনৌ পাম্বীসি লাইনা থাবা হৈনৌ পাম্বীনি। নোংমা নুমিদাং অমখক্তা নঙগী পাজিগী মাম্মা থোকপা ইমুং অমদা থোকখিবা থৌদোক্নি। মাম্মা অদুগা ননে অদুগনা মচাশিংগা লোযননা হৈনৌ অমুনবা চায। চাবা লোইবগা মরু অদু ফুঙ্গা লাইকুদা থনম্লে। অদুগা মখোয লোইনা তূম্নখবে।



নোংঙাল্লগা অযুক যাহৌবকপা মতমদা ফুঙ্গা লাইকুদা থনম্বা মরু অদুনা মনা অনী চোংখৎতুনা হৈনৌ পাম্বী ১ ওইনা হৌবম্লে। মখোযনা মদু উবদগী কিদুনা ময়ুম অদু শিদোক্লে অদুগা অতোপ্পা অনৌবা যুম অমা শাদুনা মদুদা হোংদোক্লুনা লৈবে। হৈনৌ পাম্বী অদুবুদি কিদুনা শোকলুদ্রে অদুম হৌদুনা লৈহৌবে। অসুম হৌখিবনা হৈনৌ পাম্বী অদু মপূং ফাবা হৈপাল অমা ওইবে। হৈ পাল্লক্লে। অঙকপদি পাম্বীসিদা হৈশক ৩-৪ থোক্লা পাল্লি। চাওবা মান্নদে অমদনা শবীকহৈ চবোং চবোং পাল্লি। উশা অমদনা হৈজাও মতূম মতূম পাল্লি। অতোপ্পা উশা অমদনা শাংতক তৌবা মযায ওইনা চাউবা হৈ পাল্লি হায। পাল্লিবা খুৎপান অদুদা অঙকপা অমা ওইনা মী লাক লাক্লুনা যেংনবৈ হায। অদুগা হৈনৌশিং অদো মশক মান্নদ্রবসু মহাওদি চপ মান্নৈ হাযনৈ।

পাখঙ মচা অঙাওবা হে তোংবা অমনা হৈনৌ পাম্বীনবু লাই ওইবা হৌনব্রা ঐ উথক্তা কাগে। উ মথক্তা কাবগা হৈ হেক্কে। অহেকপা হৈনৌ অদু উথক্তা ফমদুনা হাওবেমখৈ পূক থন্না চাথোক্কে। অসুন্না হাযবম্নগা মহাক ঊপাল মথক্তা

কাখৎখরে। হৈ হেক্তুনা উশা অমদা ফম্লগা চারে। চাবা লোইবগা উথক্তগী কুমথবরক্রগা ময়ুমদা হন্নখি। ময়ুমদা হল্লক্রবা মতুং নুমিদাং অদুমক্তদা কৈশু না-য়েকপা তৌবমদনা শিখি। মদুদগী হৈনৌ পাম্বী অসিবু ক্লিনবা হেল্লকখি।

হৈনৌ পাম্বী অসিগী অঙকপা অমনা কবিগুম্বা লৈবাক্কী ওইবা অরাবা, খুদোংথিবা অমা থোক্কদৌবে হায়বদু মাঙজৌননা হেক হেক খুদম তৌদুনা তাকই। অদুঙৈ থোকখিবা জপাল লানগী মাঙওইননা হৈনৌ-খোঙনেম্বীগী মশা অচৌবা অমা কৈসু ইতৌ তৌদনা নোং নুংশিংনচিংবসু তৌখিবা লৈতনা তেকথখি। কবিনো তৌবিবা মতৌ অসিবো লৈবাক অসিদা উপদ্রোপ অমা থোকপা তারে হায়না মযাম্না মিপাইনখি। মদুগী মতুংদা জপান লান লাকখি।

অদুগা অমনা হৈনৌ পানবগী মাযওন য়েংলগা কুমসি অসিগী ফৌথোক চাথোক কবম্বা মায়কৈনা হেনগদগে হায়বা অদু লেপ্লে। খাবোমদবু ওন্দুনা মবীক চুন্না পাক্লে মণিপুবগী খা থংবা মাযকৈদা ফৌথোক চাথোক হেল্লী। নোংচুপ পাংবনা মবীক চুন্নে নোংচুপ্না হেল্লী। অবাংনা মবীক চুন্নে অবাংনা হেল্লী। নোংপোক্না মবীক চুন্নে নোংপোক্না হেল্লী। কুম অমগী পোৎথোক মবাঙ কাযনা কদোম থংবা লম্না থোক্কদগে হায়বদু হৈনৌখোঙনেম্বীগী হৈ মপান যেংলগা লাযনা খঙবা ঙম্মী হাযনৈ।

মথক্তা পনজখিবা অসি ঐবু পোকপী ইমানা লীবিবম্বনি ঐনা অঙাং মতম ওইবিঙৈদা। যেংনিংখি হৈনৌ পাম্বী অদুবু। চৎতুনা যেংবসু যেংখি। অদুবু যেংলুবগা উকবগা হল্লকখি থোইদোক্না মখা তাবা খল্লুবা তৌখিদে।

চহী কুমজা কযা হৌখ্রে। নোংমতবু নীংশিংলুদে হৈনৌখোঙনেম্বী। হৌজিক্তি অহল ওইশিল্লক্রে। চহীগী পোৎলুম্না ইথক্তা নন্থবে। ইমং খুৎনা লাম্বা ফংলে। কুইদ্রি ঙসি নোংমা নিনি অসিগী মমাঙদনি। ইখঙ খঙহৌদনা নীংশিংলকখি ইমানা লীবিবম্বা হৈনৌখোঙনেম্বীগী বাবীদু। খঙনিংলকখি কবম্বা উপালনো হাযবদু। হৌজিক্না কবম্বা মওংদা লৈবিবা ? থিজিন্নিংখি হৈনৌ পাম্বীদুগী মবমদা। ইবেনধৌ ইমোইনু অহোঙবীনা ঐগী পুক্লিংদা ইনশিল্লকপা ওইবমতায হাযনা খনখি। ইবেনধৌগী মবমদা খবা ইবমদনা নঙ শিখিবা যাবোই হাযবা মতাগুম।

থিজিল্লুবদা ফংলকপা খবদু ময়ামগী মাঙদা থমজবি—

হৈনৌখোঙনেম্বীগী হৌফম লমলেন্দি সেগা লম্বী হায়না মতম অমদা খঙনবম্বা অদুদগী তিদিম রোড হায়না খঙনখিবা। হৌজিক্লা এয়াব পোর্ট রোড হায়না খঙনববা সড়ক অচৌবা অসিদা কৈশামপাৎতগী চুমদ্রিংনা হাইথবক্লগা লিটল ফ্লাবাব স্কুল যৌগদবা খজিক্তং ৱাৎলিঙৈ মমাঙ পাংনা চৎথ্রিবা লম্বী অদুদা য়ুমলোন ৪-৫ চৎলগা হৈনৌ পাম্বী অদু হৌবি। তোংতক তৌবা মফম অমদা হৌই। মফম অদুগা লম্বীগী তাইনবা মবক অদুদা খোংগুম্বা অমা লৈ। লমদম অদু কোঞ্জেং লৈকাই হায়নসু খঙনৈ অদুগা লমদোং হাযনসু খঙনৈ।

হৈনৌ পাম্বী অসি ওখাক ৱাং চাউই মনা পূংই। ফুট ১০-১২ রোম কোল্লমগদ্রা হায়না খল্লী। ঙাইবাং থিংঙেল খোংগী মনাক্তা হৌবনি। উপাল অসিবু লাই ওইনা লাৎলি। লাইনি হায়না লাৎচবিবা মীশকনা সাপম চনু ইনাকখুনবীনি। হৌজিক মহাক চহী ৭০ শুবে হায। মযুম মকৈ পান্দবীনি। ইনাকখুনবীগী মপা অপোকগী মিংনা গোকুলচান্দ কৌই হায। হৈনৌ হৌবিবা মফম অসি খবা তোংতক তৌই। খবা নেমথবা মফম অমদা ইনাকখুনবীখোযগী যুম লৈ। ঙাইবাং থিংঙেল মবিল অসি হৌজিক্তি ইফুল ফুল্লে। ঈচেল খকখ্রে ঈচেল চেনখিদ্রে। ঈচেল লেপ্পা লৈতনা চেল্লিঙৈগী মতমদদি ৱাইশেল মবিলগা শন্নবম্মীসু হায। অদুগা ৱাইশেল মবিলনা কোনবা লমনিসু হাযনৈ। ঙাইবাং থিংঙেল মবিল অসি ফুল্লকপা অমদি ঈচেল লেপ্পকপদৈ মাগী মাগী মপা মপাদা খোপচিন্নদুনা লৈপাক থোনগৎনদুনা পুখ্রী মচা মচা শেম্নদুনা লৈখ্রে। হৈনৌখোঙনেম্বীগী মনাক্তা ঙাইবাং থিংঙেল খবা থিঙগৎলগা পুখ্রী অচৌবা অমা ওইনা তৌদুনা শেম্নবা মযাম্না হোৎনৈ। হোৎনবকপা অদুদা লাইবেম্বী অসিনা ফিঙৌ থোল্লগা লেংঙক্তুনা ইনাক খুনবীগী মমঙদা তাকপীবৈ — "পুখ্রী অসি তৌহনগনু অফবা ওইবোই খুদোংথীবা থোক্কনি।" হাযনা।

লাইবেম্বী অদুগী মঙতাক অদু তাবদা অহল অমনা চোংথোবক্তুনা হাযবকখি হায — "পুখ্রী অসি তৌবগা মীযামগী কান্নগদবা লৈববদি তৌবো। মসিদগী থোবকপা অৱা-অনা, খুদোংথীবা পূন্নমক ঐ পুজবগে।" হাযদুনা পুখ্রী অসি তৌখি। পুখ্রী তৌবা হেক লোইবগা অহল অদু শিখি হায। হৌজিক পুখ্রী অসি ঙাইবাং পুখ্রী হাযদুনা লৈকাইগী ঈশিং চাফম ওইনা শীজিন্নবি। তক তনাম্না লৈবা পুখ্রিনি।

ৱাফম অমনা হেনৌ মশা তেকথবকপগী ৱাফম্নি। হনদক্তা নহাবোল ১৮ না লমখৈগী ৱাথোক্তা মপুন্সি মতোল লোমখিবা মথৱায়না পোম্বা ওইখিবা থৌদোক্তু থোক্কদবা নোংমা নীনি ৱাংলিঙৈদা হেনৌখোঙনেম্বীগী মশা অমা তেকথবকখি। মদু উবদা মীযাম্না হাযনা ঙাঙনখি শোন্নখি কবি কবম্বা থৌদোক থোক্লগবা হাযনা মিপাইনখি। থোকসু থোকখ্রিবা অদুনি। নহারোল ১৮ থৱাযনা পোম্বা ওই কেক্রপাংতা যাতাখিবা অদুনি।

হেনৌখোঙনেম্বীগী ৱাফম অমনা থাযনা অৱা লানগী মতমদা অৱাশিংনা উ পাম্বীনবু লাই ওইবা হৌনদে। যাম্নেক্লগা লোইবে হাযদুনা যানবা হৌবে। শীংজংগী যাখুল ফনা যাম্না তাৱে। মীযাম্না যাদদুনা থিংলে। উ অদু তুপ্নবা যানখিদ্রে। নোংঙাল্লগা উ অদু যেংলুবদা শীংজঙগী যাখুল অমতা লৈবমদবে। লোইনা ফুনজিনলম্লে হান্নগী উ মশাদু কাযদনা লৈবম্লে। অদুগা মদু যানবা যাওবা অৱা নুপাশিং অদু ঙম্না শিখি হায। ৱাবীসি ইনাকখুনবীবু পোকপা মপা ইবুংঙোদুনা মচানুপীদা লীবিবম্বনি মতম অদুদা উপালদুদি অদুক হাকনা চাউদ্রিসু হায। ৱাবীসি ইনাককুনবীনা লীবকপনি।

লাইবেম্বী অসিবু সেবা চৎচবিবী ইনাকখুনবীগী মমঙদা ফিঙৌ থোনবী নোয পেনবী, চীং লেম্বী, কুচু ফজবী, অহল ওইববী লাইবেম্বী অসি তোযনা উই। লাইবেম্বী অসিগী মঙতাক মতুং ইন্না হেনৌখোঙনেম্বীগী সেবা চৎচবনি। ফুঙ্গা লাইকুদগী হৌবকপা হেনৌ পাম্বীনিনা ইবেনধৌ ইমোইনু অহোঙবীনা থাবনি ইমোইনুনা হৌবকপনি হাযবদা অবানবা ওইবোই।

ইনাকখুনবীগী মমঙদা লাইবেম্বী অহল অসিনা লেঙঙকপা খুদিং অঙৌবা ফিজোল ঙাক্তা থোন্দুনা লেঙঙকই। অদুনা চহীগী ওইনা হৈকং লৈকং তম্বদা অঙৌবা ফি ঙাক্তা কংলি। ইনাকখুনবগি মমঙদা লাইবেম্বী অসিনা অসূম্নসু তাকপীবম্মী হায-"ঐবু নখোযনা উবা খুদিং অঙৌবা ফিজোল ঙাক্তা শেংপা মবম্না অঙৌবা পাম্নমগনি হাযনা খল্লমগনি। ঐদি অঙৌবা মচু পামদে। ঐনা পাম্বা মচুদি থম্বাল লৈখোক মচুনি। অদুনা নখোযনা কংকে খল্লবদি ঐনা পাম্বা মচু কংলু। ইবেনধৌ ইমোইনু হাযবদো ঐনি। ইমোইনু নুমিৎ হাযদুনা লৈবিবা নুমিৎ অদুদা হৈকং-লৈকং তমজৌকো।"

ঙসি ফাওবদা শাপম চনু ইনাকখুনবীনা হৈনৌখোঙনেম্বীগী শক্তম লৌবিবা ইবেনধৌ ইমোইনু অহোঙবীবু সেবা চৎচবী। চহী খুদিং ইমোইনু নুমিৎতা হৈকৎ লৈকৎ তমজবি। ইবেনধৌনা পাম্বা ফিগী মচু থম্বাল লৈখোক মচুগী ফনেক মপান নাইবা অমনা মখোঙদা কোযনা যেৎলী।

অদুনা হৈনৌখোঙনেম্বী হৌবিবা মফম অসি অশেঙবা ইবেনধৌ ইমোইনু অহোঙবীগী খুভমনি।

# হৈবোক চীংগী ইবুধৌ



হৈবোক লাইবেম্বা ইবুধৌগী খুভম খঙগে অমদি খুকুমজগে হাযনা চৎলুবা খোঙচৎনি। ঙসিদগী চহী ৫০/৬০ বোমগী মমাঙদনি। চৎপা লম্বীদি লাংথবাল চীংগা হৈবোক চীংগা তাযনবা লম্বীদুদা চৎপনি। হৈবোক চীংখোঙগী চীংযাদা লৈবা লম্বীদুদনি। হিযাংথাং যৌবমদাইগী চীংথেক চীঙোল অমদা ইবুধৌগী খুভম লৈবম্মী। লম্বী অদুদা ইবুধৌগী খুভম লৈবিবা মনাক অদুব্রাইদা মীযাযদগী খবা লৈশিল্লবা অহল ৩ খক্লা যোৎ পাযদুনা লৈপাক শূবম্বা থেংনৈ। অহলশিং অদুদা ইবুধৌ, ইবুধৌগী খুভম কদাযদা লৈবগে হংবদা মখোযনা মখুৎ থিন্দুনা তাকই ইবুধৌগী খুভম লৈবিবা অদুদা।

ঐখোযনা হংলুবা তৌদনা অহলশিং অদুনা মখা তাথবকই-হৌখ্রবা মতম মমাঙঙৈগী ৱাবীনিকো। ঐখোযগী হৈবোক চীঙোল অসিদা শনশেন নহাশিংনা শনশেন শনঙাক তৌবসি চৎনবম্মী। শনশেন নহা পাখঙশিংনা নুঙদুম মচা অমা

খুল্লক্লগা ইবুধৌগী খুভম লৈবিবা অসিগী মফমদা লংশেক্কুনা থম্লম্মী হায। নুঙ অদু অমুক খুন্দুনা অথাপ্পা মফম অমদা লংথোকলুববসু অমুক হল্লক্কুনা হাম্না লৈবম্বা মফম অদুদা হেক্তা লৈবম্মী হায। অদুদৈ নুঙ অসি অচম্বা নত্তে, মতিক মযাই লৈবা নুঙনি হাযনা মীযাম্না খঙনবক্কুনা ঈবাৎ পূজানচিংবা তৌনবা হৌবকখিবনি।

নোংমা ঐখোযগী মঙদা ইবুধৌ অসিনা লেঙবিবক্কুনা তাকপীবে, "নখোয ঐবু হুন্দোক্কে লংথোক্কে হাযনা খনগনু। নখোয খবা হৌনদুনা ঐগী ইনাক্তা লৈবো লাও। ঐগী সেবা তৌবো।" অসূম্না হাযবম্মী। নোংঙাল্লগা ইতাও ঐখোয ৩ সি মঙ তম্নৈ। ঐখোয ৩ মক্কী মঙ অদো চপ মান্নবম্মে। নুমিৎ অদুদৈ হৌনা ঐখোয ৩ না মী খবা মফম অসিদা খুন তাদুনা লৈসি ইবুধৌগী সেবা চৎসি হাযনা হৌকবে। যাবকপশিং অদুগা ঐখোয় ৩ গা ঐখোয ৫/৬ হৌনদুনা মফম অসিদা যুম শাবগা নুপী অঙাং পুবক্কুনা যুম লিংদুনা লৈবকপনি ইবুংঙো অসিগী সেবা চৎচগে হাযদুনা। মী মথং মথং লাক্লদুনা খুন্দাবদুনা হৌজিক্তি খুল মচা অমা ফাবে। যুমনাক ২০ মকুম্না খুন্দাববে। হৌজিক ঐখোযনা লৈপাক শূবীবা অসি ঈবম খোংলম শেল্লিবনি। চীংখোঙ ওইবনিনা খোংবাল লুনা তৌদুনা ঈথৈ পীদ্রগদি লম্বী চৎপা যাবোইদৌবিবনিনে। লুনা তৌবগসু নোংজু পাম্বা হেক হেক লাকপদা চীংথক্তগী চেম্বকপা নুঙজ্রেং লৈদ্রেংনা হেক্তা ফুনজিনখি। মসি খোংতোক্লবা হোৎনবদা ঐখোযগী থবক অমা ওইবিবনিনে।

মসিগী মতাঙ অসিদনি ফীভম অসিদনি ঐখোযনা হৈবোক চীংগী ইবুধৌ লাইবেম্বগীখুভম যৌক্বা। চহী ৬০ বোমগী মতুংদা ইবুধৌগী খুভম যৌরুবদদি মফমদো অঙকপা ফংনা হোংলম্লে। ইং ১৯৬৪-৬৫ দা লাইশঙ মচা অমা শাই। হৈবোক মহাদেব সেবা কমিটি হাযনা মমিং থোন্দুনা কমিটি অমা শেমখি। কমিটি অদুনা শীন লাঙদুনা শেম শাদুনা লাইশঙ অদো শাখিবনি হায।

লাইগী থোঙ হাংদুনা সেবা চৎচখিবা মীশক্তি গোতিমযুম বীহাবি শর্ম্মনি হায। হৌজিক বীহাবি শর্ম্ম লৈখিদ্রে। মচানুপা ইবোযাইমা শর্ম্মনা মপাবুংগী মহুৎ শিন্দুনা হৌজিক হৌজিক সেবা চৎচবি।

ইং ১৯৯০ দগী হৌবদুনা সেবা কমিট্টি অসিগী মমিং হোংখ্রে। "হৈবোক মহাদেব ডেভেলপমেন্ট ওর্গনাইজেসন" হাযনা কৌখ্রে। ইং ২০০০ দা বেজিষ্ট্রেসনচিংবা তৌবে। বেজিষ্টাব নম্ববদি No 171/IW/SR/2000 নি।

মীযাম্না চৈবাওবা খুদিং, নোংমাইজীং খুদিং লাইখুকম্বা লাক্লে। ওর্গনাইজেস্ন অসিনা লাইগী নোংপোক থংবদা হৈবোক চীংমাযদা উনচিংবা থাদুনা হোৎনবি। লাইশঙ অসি ফজনবা তক তনান্না থম্নবা থৱায় যাম্না য়াওনা হোৎনবি। মবক মবক্তা মিটিংনচিংবা তৌদুনা চাওখৎ থৌবাংগী মবমদা খন্নেসু হায। লাইশঙ মফম চাদে খন্দুনা লম খবা পাকচাউনা লৈবা মফমদা লাইশঙ মান্দব শাগে হোৎকুবদা ইবুংঙো মহাদেব অসিনা যানিংদবা খুদম পীবক্তুনা মফম হোংখিদেসু হায। অদুনা লেঙশিন্দুনা লৈব্বিা মফম অসিদগী হোংবা যাদবনা মফমসিদা শেমগৎপা তাখিবনি। হৌজিক্তি লাইশঙদা নত্তনা মান্দব ফজবা অমগসু শাদুনা লৈবে। মান্দব অসি লাইকংবম শ্যামাচবন হাযবা অমনা কৎচবনি হায। কৎখ্রিবা অসি ঙসিদগী চহী ২০ লোমগী মমাঙদা ওইবম্বা যাই হাযনসু খঙহনবিবকই।

হিযাংথাং লাইরেম্বী ইমা ইবেম্মা অসি মহাদেব অসিগী মজা ইবেম্মনি হাযনা ওর্গানাইজেস্ন অসিনা তাকপিবক্কই। ঐখোযনসু ৱাফম অসি যাজৈ, থাজবসু থাজজৈ। মবমদি চহী অমগী মনুংদা ইবেম্মা অসিনা শোবাবেন্দগী নোঙ্গুমলক্তুনা নুমিৎ ৫ নি চুপ্পা হিযাংথাং চীংদা লৈবে হাযবা অসিনি। লাইবেম্বী অসিগী খুভম ওইবিবা চীংদুম মচা অসিদগী নোংপোক চীংখৈ পাংবদা হৈবোক চীংগী চীংশা লৈ। ইবুধৌ অসিনা মাগী চীংমৈদা মচা নুপীবু লৈহনবনি। হৈবোকচীং অমসুং হিযাংথাংচীং চীংশা অমতা মাল্লী। ইবুধৌনা মচা নিঙোলনা মপামদা লাকপা অসিদা হৰাও তযাম্না নুংঙাইজনবা হাযদুনা নুমিৎ ৫ নি চুপ্পা কুমহৈ, ববনচিংবা থৌবম পাঙথোক্তুনা তৌবি। ইবুধৌসি হিযাংথাংদৈ কযা থাপতোকনিংদবগুম তৌই। অদুনা নম্বুল, তুবেলগী ঈচেলনা খলহল্লগা মমায নোংচুপ ওন্দুনা মমোম লাইরেম্বীবু যেংজবিবনি। মসিগী খুদোংচাবসি যেংদুনা মনাইশিংনা খুভম হোংসি হাযবদা ইবুধৌনা যাখিদবা ওইবম্বসু যাই।

ইবুধৌ অসিমক্তি যাম্না মীযোক মীচান ফবা লাইনি। পূন্নমকপু অমতা ওইনা পুনশিনবা পাম্বা, অমগা অমগা খেন্নবা থমদনা নুংশি-চান্ননা লৈহনবা পাম্বা লাই ওইনা উই। খুদমদি —

হৈবোক চীংগী অকোযবদা জাতি তোঙান তোঙানবা খুন্দাহল্লি অমদি লৈহল্লি। কবুই, মৈতৈ অমসুং পাঙল পুন্না লৈমিন্নহল্লি। মখোযগী ধর্ম্ম লাইনিং লাইশোল তোঙান তোঙানলি অমতা তিন্নদে। অদুবু মানা মানা পামজবা চৎচবা অদুগী লাইনিং লাইশোল কাযদনা অদুম তৌহল্লি। অমগা অমগা নুংশি চান্ননা লৈমিন্নহল্লি। মতম

অমদা ইবুধৌ হৈবোক মহাদেবগী সেবা চৎচবা অদুগী লাইনিং লাইশোল কাযদনা অদুম তৌহল্লি। অমগা অমগা নুংশি চান্নন লৈমিন্নহল্লি। মতম অমদা ইবুধৌ হৈবোক মহাদেবগী সেবা চৎচনবা মৈতৈ য়ুম্নাক ২০ মুক্তা তাবম্মী। মতম অদুদা খুন মচা অদু লাই মনাই হাযনা খঙনবম্মী। হৌজিক্তি পাংঙলশিংগী মশিঙনা খুন্দাববা হেল্লে। পাঙলগী মশিঙনা খুল অদুদা হেল্লে। অদুনা খুলগী মমিং হোংগ্রে "তবাহৈ" হাযনা থোনখ্রে লাই মনাই হায়বম্বদু তোকখ্রে।

অদুগা ইবুধৌ অসি তক তানান্না লৈজবা পাম্বা লাই ওইনসু উজে। লাইগী মাগুবকী উখোংশিংদু অনানবা সনমাইকাগী উপাক্লা নপ্পি, মথক হাযবদি যুমথক অদু জিঙ্খনা কুপ্পী। ইবুধৌ কৈমতা হায়দে লূহেনবা পামজবা লাইনিনা। ইবুধৌনা অসূন্না তাকপী হাযনসু তায় — "কংলৈদি লৌউ শীংউদুনা চাজবা লৈবাক্তি অদুনা হৈবোক চীংগী অকোযবদা লৈবিবা ঐগী ইশাইকোন্দা খুন্দাদুনা লৈরিবা নখোয চবা হেনবা যাদে নবুক চাক থন্নবা লৌ-উগদবনি। মসি ঐনা পীবা শিষ্থানি। নখোয় লৌ উদবা যাবোই।" অসূন্না।

ইবুধৌ অসি লৌশিং লৈবা, বাখল মুন্না তুং মাঙ য়েংদুনা খনবা লাই অমনি। মচা নিঙোল হিযাংথাং লাইরেম্বীবু শোবারেনগী মফমদা থাজে। শোবারেন হাযবিবসি কোবৌহনবা নুমিৎপুনি। অদুগা হিয়াংথাং লাইবেম্বী ইমা ইবেম্মনা মালেমনি। কোবৌহনবগা অনীনা তাইবং মীওইবা ঐখোযবু শেন্নকখিবনি হায়বদু তাক্লি।

হিযাংথাং লাইবেম্বী ইমাগী খুভম ওইবিবা চীংদুম মচা অদুগী নোংপোক পাংবদা, হৈবোক চীংগী ইবুধৌ মহাদেবগী নোংচুপ পাংবদা ঈচেল তপ্লবী নম্বুল তুবেলনা খল্লী। হৈবোক চীংগী চীংখোং অকোযবদা অমদি চীংথক, চীংযাযদা হাযবদি হৈবোক চীংশা অপূম্বদা মৈতৈ, কবুই, মুসলিম পুন্না খুন্দামিন্নদুনা লৈবি। মখোয পুন্নমকপু ইবুধৌনা অচান মীবায নাইদনা, কাঙলূপ খাযবা তৌদনা মতম চুপ্পগী ওইনা ঙাকপী শেনবিবি থৌজানবিবি।

# লাইওইরবা পামেল উপাল কোলোইনা মাগী হৈনৌবোক



হৈনৌবোক হাযবিবা উপাল অসি য়েংবা চংকদৌবিনি ঐখোয অনী। অমনা লাইযেকপা নাওবেম মচা অহনজাওনি অমনা ঐ ইশামক্নি। হৈনৌবোক পামেল অসিবু য়েংলুবতা নত্তনা উপালসিগী মবমদসু থিজিল্লুগদৌবিবনি।

ঐখোয় অনী লোযনদুনা খোঙশাক্লে হৈনৌবোক্কীদমক। লম্বীদি শগোলবন্দ লম্বীদনি। হৌজিক্তি লম্বীসিবু কাছাব বোদ হাযনা খঙনবে। হাইথবে তেবা কৈথেল লাম্ছোক্লে, ঋাংথোনবী লৈপুং লৈহৌবে, খন্নাম কৈথেল য়ৌবে। মথংদা মোইবাং হনুবা লৈপুং থেংনবে। লৈপুং মপাদগী খজিক হাইথবগা তাকযেল খূঙ্গংগী খুনয়ায

মপাদা মেন বোডতগী মখা পাংবদা লম্বী অমা খাইদুনা চৎথ্রি। লম্বীদুদা খবা চৎলগা লম্বীদুগী মমাঙ পাংবদা লম্বীদুদগীদি কয়া থাগুনা হৌবম্মী হৈনৌবোক উজাওদু ঈংনা চীংলেম্না।

ঐনা সবকাবগী থবক তৌবিঙেগী মতমদা যান্না তোযনা জীবিদা টুব চৎখি। কাছাব লম্বীদা চৎপা মতমদা তোযনা উই হৈনৌবোক উপাল হৌবা। নহা ওইবিঙে মতমদুদা তাখি উপাল অসিগা লোযনবা ৱাবী কযা। উপালসিনা হৌবিবা লম অসি যান্না শুকপা শীংমুৎ শীংনাং, তৌ-লাংনা পীক থন্না হৌবা পাক চাউববা মফম অমা ওইবম্মী হাযনা। মফম অসি লীন যান্না লৈ, তোযনা থোবকইসু হাযনৈ। অদুবু মখোযনা মী চীকপা খোৎপদি কৈমতা তৌদে মতোমতা কোযচৎ চৎচবনি। ইংখোল অদুগী মপুনা উপাল অদুগী মনাক নকপদা হৈনৌ পাম্বী খবা থাদুনা হৌহনগে খন্দুনা হৈনৌ চাবা ৭-৮ থাই। থাবিবা হৈনৌশিং অদু চহী ১/২ হৌবল্লগা হেক্তা শিখি হায হন্না কযাবক থাবদসু হেক্তা শিখি। মমৈথংদদি কান্নদ্রে হাযদুনা থাখিদ্রে হাযনৈ। অদুগা হৌবিবা উপালসিগী মমিংনা হৈনৌবোক কৌই হৈনৌবোক হায়না খঙনৈ। খোংনাং পাম্বী অমবু মমিং হৈনৌবোক থোল্লিবসি মবম হন্না হন্না থাবদা হৌদ্রবা অদুদা কাউদনবা হাযদুনা হৈনৌগী মিংথাং লৌদুনা থোনখিবনি হায। অঙাং নুপীমচাশিংনা উবাওবী তান্নদুনা শান্নবা মতমদা উদগী চাউবা খোংনাংনি মনা পুংবা হৈনৌনি হাযদুনা চেল্লগা তান্নে। মদু নীংসিংলকই উপাল অদুবু উবদা।

উপাল অদুবু লাপ্না উবা মতমদদি মনা যান্না ফজনা পুংনা উই। মবম অসিমক্তনা হৈনৌ পাম্বী ওইবমগনি হাযনা খনখিবনি। অসুক কুইবা চহী ৫০/৬০ অসি উপাল অসিবু হৈনৌ পাম্বীনি হাযনা খল্লকই। উপাল অসিগী মনাক্তা মখোঙদা লেপ্লবা কান্দদি হৈনৌ পাম্বী ওইবমদ্রে। ইবুংঙো অহনজাওদা উপাল অসিগী মবমদা ৱাবী লীখিবা মতমদসু হৈনৌ পাম্বীগী ভাবতা লীখি। হৈনৌ পাম্বী ওইবমদদুনা খোংনাং পাম্বী ওইবম্বা অদুদা ঐখোয অনীমক ঙক্না অমগা অমগা যেংনদুনা লৈখি।

খোংনাং পাম্বীসি চাউই। মশা মবেঙ ফন্না হৌই। মনা কা অমা হেন্না কুঙনা পাল্লী। উপাল মগুণ লৈ, লেম্মী। খোংনাং পাম্বী অসিবু কবি মবমদগী কবম তৌনা হৈনৌবোক হাযনা মমিং থোনখ্রিবনো খঙনিংবা অমা পোকখি। অকোযবদা লৈবিবা অহল লমন খবগী মফমদা চঙদুনা হংলুবে। হংলুবা অদুদা মখাগী অসূম্না তাকপীবকখি।

—ঙসিদগী চহী ৫০০ বোমগী মমাঙদা মাইবম মচা চাউবা কৌবা অমখক্না খোংনাং পাম্বী থাবম্বনি। মতম অদুদদি মীশীং য়াম্লমদবনা ওইবম্বসু ওইবা য়াই লম পাক্না চাউনা মাগী মাগী ইংখোল লৈনবম্মী খোংনাং হৌবিবা মফম অসি য়াম্না শুক্রম্মী জঙ্গল উমং ৱামং ওইনা তৌবম্মী। ইংখোল অসিদা মাইবম চাউবনা লাইরেম্বী অমসু লাৎলম্মী হায়। লাইরেম্বী অদুদি য়ুমজাও লাইবেম্বীনি হায়নৈ। লাই লাথলিবা মফম অসিগা হৈনৌবোক খোংনাং হৌবিবা মফম অসিগা খবা লাপ্নে। লাপ্নবিবা অসি যোৎলী মখোঙ ২-৩ গুম্বা ওইবা য়াই। মতম অদুদা ইংখোল চাউনা চাউনা লৈনবম্বনসু ওইবা তাই। মফম অসিবু মাইবম খোংনাং মখোঙ হাযনা খঙনবম্মী। হৌজিক্তি মাইবম খোংনাংখোঙ হায়নদ্রে হৈনৌবোক হায়না খঙনবে।

ঐখোয়না অসুম খনবদা মতম অদুদদি মাগী-মাগী ইংখোল চাউনা চাউনা কম্লবম্বা মবম্না য়ুমজাও লাইবেম্বী ইমাগী ইংখোল চাইগোইনুংগী ঙমখৈ খঙননবা খোংনাং পাম্বীসি থাবম্রা হায়না খল্লী। মসি ওইবম্বসু যাই অদুগা ওইবমদবসু যাই। খল্লুবগী ৱানি। খুল অসিদা লাইবেম্বী অনীথক লাৎলী। লাইবেম্বী অনী অসি মচীন মনাওনি। অমনা য়ুমজাও লাইবেম্বীনি। অমনা লোংজম লাইবেম্বীনি। য়ুমজাও লাইবেম্বীনা মচেমনি অদুগা লোংজম লাইবেম্বীনা মনাওনি। মচীন মনাও অনীসি পুন্না লৈমিন্নদে তোঙান তোঙান্না লৈনৈ। লোংজম লাইবেম্বীদি লোংজম শাগৈগী লাই-ওইখ্রে। লাইগী মপু হাযবদু মখোযনা ওইখ্রে লাইবু হাযখ্রে।

হৌজিক য়ুমজাও লাইবেম্বীগী লাইবুসি শৌবাম কুলবিধুনা ওইবি। মহাক চহী ৫৮/৫৯ গী লেঙ্গানি। অহল লমন মপা মপুগী হাক্তক্তগী ইংখোল অসি কোইদুনা লাক্নি। অদুনা লাইবুসি মহাক্না হাযবদি কুলবিধুনা ওইবি হাযবসিনি। কুলবিধুবু পোকপা মপাগী মমিং শৌবাম আনন্দ কৌই মহাক হৌজিক লৈখিদ্রে হায।

লৈকাই অদুদা লৈবম্বা অহল চহী ৭৫ বোম শুববা অমদা হংজকপদা অসুম্না তাকপীবকই —

মাইবম চাউবনা থাবম্বা খোংনাং পাম্বী অসি যুমজাও লাইরেম্বীগী লাইফমদা থাবম্বনি। হৌজিক্তি লাইবু ওইবিবা অসিনা মাগী ইংখোলদা লাৎলী। হায়না মমাঙৈদ্দেদি খোংনাং মখোঙ অসি নুমিদাংদা তন্নৈ হাযদুনা কিন্নবম্মী। নুমিদাং অমম্বদা, নোংঙাল্লমদাইগী মতমদা মী নোকপৈ খোঞ্জেল তাবা, উ যানবৈ মখোল তাবা, অসিগুম্বসি থেংনৈ। অসিগুম্বা উপদ্রোপসি তোয়না থোক্লবদি মীশি মীনা থোকই।

লৈবাক্কী অঙম অথৌ মবী শোকই। মশক নাইবা মী শিবা নাবা যাওই। খোংনাংদুগী মশা তেকপা থোক্লবদি তেকথখিবা মাযকৈ অদোমদা মীশি মীনা থোকই। লৈবাক্কী নত্রগা মাযকৈ অদোমগী ফত্তবা থোক্লগদবা লৈব্বদি খোংনাং অদুনা খুৎতম তৌদুনা হেক হেক তাক্লকই হায।

কবি কবিগুম্বা মতমদা খোংনাং মখোঙ অদুদগী লীন থোবকপা থেংনৈ। মদু থেংনবা, উবা যাওববদি ঈবাৎ পূজা তৌদুনা খুদোংথীবা থোবক্তনবা হাযদুনা লাই খুকম্নে। হৌজিক্তি মহৌশাগুম্না খোংনাংগী অকোযবসি শোঙদ্রে, উমং রাংমং লৈখিদ্রে। হান্না লন্না লন্না মী তাবম্বদু কুঙনা তাবে। ইকোক কোক্লা লৈববনিনা মী কুঙনা তাববনিনা কিন্নবম্বগী চাং যান্না হল্লরে। হাযবিবা খুদোংথীবা পূন্নমকসে কোরম্নবা মাইবা মাইবীগী পাউতাক মতুং ইন্না জগোয বাস অনীবক হন্না খোংনাং মখোঙ অসিদা কৎখ্রে। জগোয কৎখিবা মীশক অনী অদুদি থোকচোম গীবানী অমসুং যুম্নাম চন্দ্রনি। জগোয কৎখ্রিবসি চহী ৪০ বোমগী মমাঙদনি।

জগোয কৎখ্রবা মতুংদগীদি তম্নবা, ফত্তবা খুৎতম চাংদম কযা থোকখিদ্রে। খোংনাং অসিদি লমদম অদুগী মীযাম্না খুকম্নবা, ব্যবহাব তৌনবা, কিন্নবা মফম অর্মদি অদুম ওইদুনা লৈবি, হান্নদগী খব হল্লববসু।

খোংনাং পাম্বী অসি মতম কুইনা পুন্সিবক্লবা লাইওইববা উপাল অমনি।

# চীংঙু লাই পাঙ্গলবা -১

তাং ১৬।২।২০০৩ ইংদা থোকখিবা থৌদোক অমগী ৱারীনি। কৈশামথোং তোপ লৈবক্তা লৈবা চোংথাম ডাঃ জয়ন্তনা তহ্‌-তহ্‌ লাক্লগা হায়বৈ- "ওজা ৱাখদা চত্তুনা ঐগী ম্যুজিয়মদু অমুক্তা য়েংহনজনিংঙি। ওজানবু হকচাং ঙম্বীববদি ঙসি অসি হেক্তুমক লেঙঙুসি।" ৱাফম অসি হেক তাবদা ঐহাক ৱাখ খংচৎ চৎনিংলকই। মতম খবগী মমাঙদা ইবুংঙো জয়ন্তনা ঐগী মূর্তি অমা শাবিখি। মূর্তি অদু ম্যুজিয়মদা তাং ৯।১।২০০৩ দা খিল্লে হায়নসু ইবুংঙো জয়ন্তনা তাকপিখি। ৱাহৈশিংদু তাবদগী ঐগী মূর্তি খিল্লিবদো হান্নদগী হেন্না য়েংনিংলকখি পুক্লিংসে লাঙতক্কখি য়েংনিংবনা।

ইবুংঙো জয়ন্তনা মাগী কাব পুবিবক্তুনা ৱাখ পাংলে। ৱাখা য়ৌবা লম্বী কয়া ফত্তে। কাব চৎকদবা লম্বী নত্তে। শেম্বী শাবিদবদগী ফত্তবা ওইবন্নি। কন্নানা খঙনি মী যাম্না তাদবা খুল ওইবনা সবকাবগী মিৎয়েংনা উবমদবসু ওইবা যাই। নত্রগনা কন্নানবু লাক্তুনা য়েংলগদবনো হায়দুনা থীকাদাবনা বিল শাদুনা শেল লৌথোকখ্রগা লাইগী শোয়দনবা হায়দুনা চীংয়া নাপোম খবা মোত্থোক্লগা নুঙ্‌দুম মচা শলগাড়ী ১-২ চাইথোক্লগা তোক্লখ্বসু যাবি। মদুগী খুদমসু উবকই। ওইনিংবা অমা ওইজবসনু লম্বীদি ফত্তে।

ডাঃ জয়ন্ত আর্টতা থৱায লুপচবা মীওই অমনি হায়বা অদু খোঙচৎ অদুনা ময়েক শেংনা তাকখি। নৎত্রবদি মাগী মাকতি কাব অদু থৌদুনা লম্বী মতা অদুদা ঐখোয়বু পুবম্লোই। কাব লোইবা মী অতৈদি গাড়ী শোক্কনি হায়দুনা কাব লম্বীদুদা খক থৌবোই।

ৱাখ য়ৌবে। গাড়ী থামদুনা কুমথবে। য়েংথোকখিবা মতমদা ৱাখ চীঙ্গোল লোইনা উবা ফংলে। কয়াম ফজে থানিংঙাই ৱাহৈ লৈতে। লাপতন্না লৈবিবা মহাদেবগী খুভম কয়াদা পুক্লিং হুবিবা, গৌবনগবনা ফজবিবা, নোংমাইজিংনা চীং লেপ্লিবা। ৱাখ হায়বসি বাক্নী চীংগী চীংশানি। মখোঙদা লৈবা চীংদুম মচা অমনি। পিঙম

চীং মচাসিমুকক্তা চাউবা চীংনি। মনাক নক্লা ৱাখৌদে খবা হেন্না চাউবা ৱাংবা চীং মচা অমসু লৈ। চীং মচাদুগী মমিংনা লৈমচীং কৌই হায।

গাডীদৈ কুমথবগা চংঙি ঐখোয ম্যুজিযমগী মূর্ত্তি যেংবা। খিল্লম্মী মফমদুদা মূর্ত্তি ২৮ পবেং শানা। মূর্ত্তি ২৮ অদুগী মবক্তা যাওবম্মী নুপী অহুমখক। ৩ খক অদুগী মবক্তা অমনা খোংজোম পর্ব্ব শকপী ইবেমনী, অমনা জগোযদা শন্নাইববী থম্বালঙৌবী, অমনা ঐ ইশামক্কী মূর্ত্তি। মখোয অনীগী মূর্ত্তিদি কযাবু মুন্না যেংলুদ্রে। ঐগীদি কযাম মাল্লী উবদা ঐ ইবাওই, নুংঙাইবনা লুতোন কাখি ঙমখৈ লৈখিদে। হবাওবদো নুংঙাইবদো ফোঙদোক্লবা ৱাহে লৈখিদে। ৱাহং অমা ঐগী পুক্লীংদা হংলকখি-খিল্লিবা মূর্ত্তি মযামসি থোইদোক হেন্দোক্লবা মশক নাইববা মীওই ঙাক্তগীনি। শন্নাইববা মযাম অসিগী মবক্তা ঐনা কবন্না যাওবল্লিবা?



মথংদা ৱাখগী চীং মচাদু কাখৎলি। খোঙফম ১০-১১ গী লমনি। অদুবু ঐদি খোঙথাং ২০ মুক্তগী হেন্না থাংখি। পুংকক চাউববী লৈশাবী মচা অমনা ইবোক ঐ শমগে হাযদুনা খুৎ পাযদুনা ঐবু চিংখৎপী। চীংথক অদুদা পীকতক তৌবা লাইশঙ মচা অমা লৈবম্মী। লাইশঙ অদু ৱাখলাকপা লাইগী লাইশঙনি হায। 'ৱাখলাকপা' হাযবা অসি লমদুবু কোনবা লাইনি। লাইশঙ অদুগী ওইবোমদা মতাই খবা ওইবপ্না খিল্লী। মূর্ত্তি ৩ অহুমদুদি টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজ, থাঙ্গাল জেনবেল, মেজোব পাওনা ব্রজবাসীগীনি।

ৱাখ চীং মচাদা লৈবিবা লাইশঙ অমসুং মুর্ত্তি ৩ দু যেংবা লোইবে। চীংখাদা কুমথবা মতমদসু নুপীমচাদুনা অদুমক শম্বিবি। চীংখোঙদা লেপতুনা ৱাবী শানববা মতমদদি মখোয় নুপী মচা ১১-১২ বোম লেপতুনা লৈবম্বা অদুগী মবক্তা চঙদুনা মাসু লেপ্পা যাওখ্রে। লেপলম্মিবা নুপীমচাশিংদু কয়া চাউদ্রি অঙাং ঙাক্তনি। মখোয়দুবু উবদা থোইদোক্না নুংঙাইখি ঐ। মখোয়না শেৎ-চাবম্বা নাৎকী ওইবা ফিজেৎ অদু উবদনি। মখোয়গী মবক্তা ফ্রোক শেৎপা অমতা যাওদে ঙম্না ফনেক শেৎলি। নুপীমচা খুদিংমক মশা তনান তনানলি। তুখোঙ লংঙি, মশম মনা নীংথিনা হাৎলি, চন্দোন-চৱা ফজনা থিল্লি। চন্দোন থিনদবা নুপীমচা অমতা যাওদে। মখোয়দা ঐনা হংঙি-নখোয় লোইনা লাইবিক তল্লিবা ঙাক্তবা? কনা কনানা কবি ক্লাস যৌবে অসিনচিংবা। মখোয়শিংদু পীক্রিবা অঙাং ঙাক্তনিনা পাঠশালা তম্বা ঙাক্তা ওইববোই খল্লম্মী। অদুগদি মখোয় কুমসি মেট্রিক থাগদবনা অযাম্বনি হায়না খুল্লকই। পাউখুমদু তাবদা ঐ ঙকখি। মখোয়না মখা তানা হায়বকই মখোয় ঙন্না সাইন্সকী ছাত্রী ঙাকনি হায়না।

নুপীমচাশিং অদুবু উবদা ঐহাক যাম্না পেনখি নুংঙাইখি। মবৈবাক মজাতিবু নুংশিবা, নাৎকী ফিজেৎ-চাকচেৎ থাদোক্তবা, মশা নানবা লূবা ঙাক্তা ওইবম্বা অদুদা। ঐনা মখোয়দা অমুক হংঙি-নখোয় কুমশি যাওশঙদা থাবল চোংগদ্রা? হায়না। মখোয়না খুম্মকই—হোবেল নুমিদাং ঐখোয়গী অপূনবা মিটিং অমা তৌগদৌবি। মযাম্না মদুদা লেপ্পবা মতুং ইন্না থাবল চোংগনি চোংলোই হায়বদু মদুদা খঙগনি। মখোয়গী ৱাঙাঙ অদুদগী লায়না খঙবা ঙমখি। মখোয় খুলগী লৈকাইগী মীনা যাদবা থবক অমতা তৌদে হায়বদু। থকশী-খাসী নীংথিনা ফজনা ঙাক্নুনা চৎপা মীওইশিংতনা খুন্দাদুনা লৈবা ৱাখ খুঙ্গংনি হায়বদু।

নুপীমচাশিং অদু হান্না লেপ্লম্বা অদুদৈ খবা নক্না ঐখোয়গী ইনাক্তা কৌশিল্লে। অদুগা মখোয়দা হংঙিঃ

"ৱাখ খুল অসি মসিদৈ ইম্ফাল ফাওবসি কযাম থাপ্পী"

"মাইল ৫ ওইবা যাই হায়নৈ।" অমনা খুম্মকই।

"কিলোমিটবদা হায়বগনা ৮ লোম্নি।" হায়বকই অতোপ্পা নুপীমচা অমনা।

"লাইশঙ অমা লৈবিবসি লাইনুংদা কবি লাই লৈ?"

"ৱাখলাকপগী মূর্তিগা মহাদেবগী মুর্ত্তিগা লৈ।"

"মহাদেবগী মুর্ত্তিদু কয়াম চাউই ? কবি মচুনো ?"

"ইঞ্চি ১৮ লোম ৱাংঙি। মখ্বাং চেংঙি। মচুদি মুই।"

নুপীমচাশিং অদুদগী খবা চাউববী অমনা হায়বকই— "মহাদেবগী মুর্ত্তি অসিনা ৱাখদা লাকপৈ মবমদা ঐনা তাবা ৱাবী খবা লৈ। ৱাবীদু ইবোক তানিংব্রাও ?

"তানিংঙিনে। তানিংদুনবু ঐ মফম অসিদা লাক্লিবনিনে।"

নুপীমচা অদুনা মথা তানা হায়বকই — 'ইবোক ৱাবীসি ঐখোয়গী ইপুবোক্না লীবিবম্বনিকো। শঞ্জেম ইপুবোক্কী মধৌপুবেন অমা লৈবম্মাল্লে। মদুনা নোংমাইজীং চীংদোন্দগী লোন্না পুবকখিবনি হায। অদুগা ৱাখগী খুন অসিদা থমখিবনি। চৎলু যাদদুনা ঙসি ফাওবা লৈবিসিনি হায।"

নুপীমচা অমনা খুম্মকই, "হেবা ইবেমশা ওইবা যাবরোইদবা ৱাবীনিদা অসুক চাউবা নুংগী মুর্ত্তি ১ বু হেক্তা পুথবকপা যাবোইদা, মী অমখক্তনবু চীংদোন্দগী চীংখা তাবা ফাওবা কবম্না পুবক্কদৌবিবনো ? ওইথোক্রবোইদবা ৱাবীনিদা ৱাবী। ঐখোয় কবিমতা থাজদে ৱাবীদু।"

ৱাবী লীবিবী নুপীমচা অদুনা খুম্মকই — "ওইবা যাইযে ইবেম্মা। শুমাঙ লীলাদা ইমোইনু ইমা অহোঙবীবু মশূ চলাম্বনা পোদুনা পুবক্লিদুদি। ইমোইনুনা অমুক লূমথ অমুক যাংহন তৌবা অদুগুম্না মহাদেবসু তৌবমগনিযে। লাইদিনে তৌগে হাযবতা ঙম্বনে ইবেম্মা।"

মখাদি ৱাখগী মবমদা কবি কবি ৱাবী লৈবী হায়না ঐনা হংঙি। নুপীমচাশিং অদুনা হাযবকই — 'ইবোক কুমশি অসিদি মহাবারুনী তাই হাযনৈ। অদুনা খুলসিগী অহল লমন্না ফজনা যান্না চাউনা মহাদেব পূজা তৌসি হাযনা লেপনৈ হায। অহোবাত্রীকাসু তৌনি হায। কুমহৈকাসু তৌগদৌবিমাল্লে। ইবোকসু নুমিৎ অদুদা লাক্তুনা যাওবোকো।

লাক্কে লাক্কে। ইহে ঐনা হংগে খনবা অমদি ইকাউ কাউথোক্তুনা লৈবে। নখোযগীসিদা কফোয হৌববা ?

"কবিনো ইবেক, ইবোকখোযবু তাদব্রাও ? খোংজোম পর্ব্ব, পেনাদা শক্লিবদো-সিবুদা থোইনা হেন্না হাউবা হৈদি ৱাখগী কফোইনিদা হাযবদো। ৱাখগী ইখোল

খুদিংমক্তা হৌই কফোই। হৈ পানবা মতম ওইববদি ইবোকখোযসু চাবা ফংগদবা। হযেং কফোই পানবা মতমদা লাকউ কফোই চাবো। ৱাখগী কফোইদি থুম্বনে। কৈমতা শীনদেয়ে। যাম হাওবনি। লৈমা চীংথক্তা লৈবম্বা মী অমখল্লনে মক মীবৈবাক্তগী পুবক্রগা থাখিবনি হাযনৈ।

অসূন্না ৱাবী খবা নুপীমচাশিং অদুগা শানবা লোইবদুনা হন্নবা তৌবে। গাডী কাখৎলে। গাডীদা চৎনা চৎনা য়েংবদা উবকই। লাকপা মতমদদি উবক্তে যেংনবা মতম ফংলক্তে লম্বী ফত্তবনা মবম ওই। লম্বীগী যেৎ ওই অনীমক্তা মোংশোংদা হাবুংদা, তিংথ্ম পানবা শম্বল্লে অকঙবা মবক্তা চাই চাইদুনা কবোক চাইবগুম ঙৌরোক ঙৌনা লৈবদো। নিংথম থা ওইবনা উ-ৱা, নাপী শীংনা, শম্বল্লে ঙম্না ইকং কংনা উবি। অকঙবা উনা উশা মবক্তা মথক্তা কবোক চাইবগুম উবিবা, ঙৌশ্রোক ঙৌনা লৈবিবা অদো কবি কবম্বা পোৎশক্লো হাযনা য়েংশিল্লুবদা উবকখি ঈংবনা মশা যান্না তাশিন্না শম্বল্লে মশাদা যেৎ যেৎতুনা মবী চৎতুনা ৱাবক কুন্দোনা শাৎপা ওইবল্লে। অশঙবা মনাদি ইপান পান্দে নিংথম থা ওইবনা।

মসিনি ৱাখ চীংদা চৎপা খোঙচৎ। হল্লকপদা খন খন্দুনা লাকই অমুক হন্না ৱাখ চৎকে নুপীমচাশিং অদুনা লীবকপা ৱাবীশিং অদুগী খোঙ্গুল লীদুনা খবা থিজিনলুগে হাযনা।

# চীংঙু-লাই পাঙ্গলবা-২

মবম্না লমলেনদি লমনুংশি
পোইবৈনা লমদমদি লমনুংশি
নোংপোক নিংথৌ অপানবা
ইবুধৌ পাঙ্গলবা মাগীদি শাইওনফম
পুৱাবীগীদি খোঙহৌফম ওইবা
কৌবা সেলোই লাংমাই চীংখোঙদা
চীক্লা ঈংনা ঙাম্লোইবিবী
লোইবী চাদি চীংনুংশি
কোলোযনা মাগী 'ৱাখ'।

ৱাখ চীং অনীবকশুবা ওইনা যৌকবে। ৱাখলাকপা লাইনিংথৌ অমদি বাক্নী মহাদেব অনীমক খুকমজবা ফংজবক্নে।

ইহান হানবা ওইনা ৱাখগী লৈহাওদা খোঙদাক্বা নুমিৎ অদুদা লৈবম্বা অমদি থেংনবকপা নুপীমচাশিং অদুনা লীবকপা, পাউদম্নকপা মযাম অদু তাক্লবদে ৱাখ চীংগী মবমদা থিজিন্নিংখি। অহল লমন হাকথেংননা খঙহৌ উহৌবা খবদগী তাজবনি। লাইবিক ওইনা ইথোক্লুনা লৈবম্বদগী খঙজবা নত্তে। চীম্লাং যৈনা ৱাবী ওইনা লাকপদগী তাজবকপনী। অবানবা কযা যাওবম্বা যাই অচুম্বা কযাসু যাওবমগনি। ঐনা তাজবকপদু খ্বাই তাবাদা পাউদমজবতনি।

থাযনা মমাঙঙৈদদি নোংমাইজীং চীং অসিবু শেলোই লংমাইচীং হাযনা খঙনবম্মী। মতম অদুদা লাংমাই চীংবু নোংপোক নিংথৌ অমদি পাম্লোইবী অনীগী খুভমনি হাযনা লৌনবম্মী। নোংপোক নিংথৌবু নোংপোক নিংথৌ অপানবা ইবুধৌ পাঙ্গলবা হাযনা মিংথোন্নে। অপানবা হাযবদি মচু ঙৌবা তক্লববু খঙনৈ। অপানবা হাযবা অসিদি কোবৌহনবা নুমিৎপুনি। পাম্লোইবীনা মালেম লৈপাকলৈমনি। মসি পুৱাবীগী ৱাবী ওইনা তৌই। লাইগা মীগা শন্নবিঙৈগী ৱা ওইনসু তৌই।

মতমগী মতুং ইন্না কংলৈবাক অসিদা মপান লমগী মীওই কয়া চঙলকখি। মখোযগী লোল অদু কংলৈ লোন্দা যানশিনখি। অসুন্না খজিক খজিক যানশিন্নবকপদে মমিং মথানচিংবা হোংলকপা যাওই। ইবুধৌ পাঙ্গলবসু হৌজিক্তি মহাদেব হাযনা খঙনরে। অৱা লান লাক্লিঙৈগী মমাঙ ফাওবদি কংলৈ নিংথৌ শিবগা নোংমাইজীংগী চীংদোন্দা লৈবা খল্লোংবু লাইবন্নেম সোবাবেন কানবা লম্বীনি থোঙজিন্নি হাযনা লৌনবম্মী। মসি থাজবসু থাজনবম্মী। মথেল ১০৮ হাবিবা নিংথৌগী লুক হৌবদা শিজিন্নবিবা খাবৈ অদু থুদেক্লগা অতেকপা খাবৈ অদু লাইগী লাইমাঙদা যুংশিল্লগা কৎনবম্মী।

ইনিংথৌ চন্দ্রকীর্ত্তিনা পাল্লম্বা চহী ১০ বোমগী মতুংদা নবসিংহ মহাবাজনা মণিপুবগী নিংথৌ ওই। নবসিংহ মহাবাজগী সনাহাক্তক্তা শঞ্জেনবম মচা ফোলসিং কৌবা অমা নিংথৌগী লান্মী ওইনা থবক তৌবম্মী। ফোলসিংগী মমঙদা বাক্নী চীংথক্তা লৈবা চীংঙুবা মহাদেবনা "ঐ চীংথক্তা লৈনিংদ্রে ঐবু লৌবো লাও" হাযনা হাযবম্মী হায। মহাদেব অদুদি নিংথৌগী লাইনি। নিংথৌগী লাই পুবদা মী খঙহনবা যাদবনিনা লোন্না মতোমতনা পুবক্লগা ৱাখদা লৈবা চীংদা থমখিবনি। ফোলসিংনা পাওথোকখিবা থবক অদু মঙতাক অদুগী মতুং ইন্ননি।

ৱাখগী চীংদা চীংঙু পাঙ্গলবা ইবুধৌ-লেঙথবক্তুনা লৈখি। ৱাখলাকপা লাইনিংথৌনসু ইবুধৌ মহাদেববু মবানযাযদা শাইদাংদুনা লৈহনখি চঙজফম পীখি। মহাদেবনা ৱাখদা লৈববা তুংদা ফোলসিংনা লোন্না লোন্না সেবা চৎচৈ। মহাদেব শাফোঙদে লোৎতুনা থম্বনি কন্নাগী মফমদা তাকথোক্তে খঙহন্দে। ফোলসিং হেক শিখিবগা লৈফোলসিংনা মপাগী মহুৎ শিন্দুনা সেবা চৎতুনা লাই অসি লাৎলি। মহাদেব অসিগী মতীক মযাই খঙবা অমনা লাই অদু হূদুনা পুখ্রে। লাই মাঙখ্রে।

লৈফোলগী মপা ফোলসিংদা তৌখিবগুন্না লৈফোলগী মমঙদা ইবুংঙো অদো লেঙঙক্তুনা তাক্লরে, "ঐ ঈশিংখোং অমগী মনাক্তা লৈবে। নঙ লাক্তুনা ঐবু লৌবো। হাযদুনা মফমদু তাকঅম্মে। নোংঙাল্লগা ইবুংঙোনা তাকপীবম্বা মতুং ইন্না লৈফোলনা ঈশিংখোং মনাক তন্না চৎলে। ঙকপদা থেংখ্রে লৈফোলনা ইবুংঙো মহাদেব অদু মফমদুদা লৈবম্বা উবদা। খুলগী মীযাম হৌদুনা দোলাইদা পুবকখিবনি ৱাখ চীংদা অমুক। মসিনা তাকপদি ইবুংঙো মহাদেব অসি ৱাখ চীংদা লৈনীংঙি হাযবদো।

লৈফোলসিং মশাগী চহী ৭৫ শুবদা ইং ১৯৬৯ দা লৈখিদ্রে। মহাদেব অসি ৱাখলাকপগী শঙলেন্দা শাইদাংদুনা অদুম লৈবী। শাফোঙদ্রি শকলোৎলী। ইবুংঙো

অসিগী তৌবা ঙম্বা মতীক মযাইদি কযা চাউই হাযবদা মচা ফংজদবা নুপা নুপী অনী অদুনা পুন্না লাকমিন্নদুনা মথম্মোই শেংনা নিজব্বদি মচা শোযদনমক পীবিবনি। মচা ফংজখিবা ইমুং ৪-৫ শুবে হায।

চহী চহীগী ওইনা মনা শিন্দুনা ইনা কুপলম্বা ইবুংঙো অসিনা লৈবিবা শঙ অদু শেম্বদা নুংনি হাযদুনা কবিসু থৌওইদনা থাংদোকলুবদা মোহন কৌবা মশা মউ ফখ্রবা নুপা অমা নুংগী শক্রোন লৌবিবা লাই অসিনা ননখি। কোন্নথংদা মোহননা শেংদোবকখি-কন্নানো অমনা মখোঙদা কোৎলগা লংঙি হাযনা।

কিন্নদুনা মযাম্না লাই অদুবু কন্নানসু পাযকব্বা শোকলুবা ঙম্নদ্রে। কন্না অমতনা ঙম্নদ্রবদা মশা তনাপ তনাপ লাউবা নহা অমনা শেংনা ঈক মাযথজবগা, ফিশেং শেৎতুনা খুকমজবগা ইবুধৌ লেঙঙসি হাযনা হাযজকব্বদা ইযাং যাংনা থাংদুনা মফম চানা থমখিসু হায।

হাযবিবা ইবুংঙো মহাদেব অসি ইঞ্চি ১৮ ৱাংবনি। খ্বাংৱাইদা চেংতক তৌবা শক্রোন অমনি। মচুদি অমুবনি। ইবুংঙো মহাদেব অসিগী তোঙানবা শঙলেন অমা লৈত্রি। ৱাখলাকপগী শঙলেন্দা শাইদাংদুনা লৈবী। ঙসি ফাওবা শাফোঙদ্রি শকলোৎলি।

ইবুধৌ মহাদেব অসিনা ঙসি ফাওবা শাফোঙদ্রিবা অসি কবি মবম অমা লৈবননো হাযনা তত্তনা হংলি পূক্লিংনা।

*মথক্তা পাউদমজবিবা ৱাবীশিং অসি ইশামক্না (প্রমোদিনী) চৎতুনা থিজিনজবম্বদৈ ফংলকপনি।*

# লাংথবান লৈহাউ লৈরেল -১
## (পুরাবীগী লাংথবান কোনুং, হৈবোকচীং, ডাঃ কমলগী কাঞ্চীপুব)



মপুন্সি লোযববা লাংথবান কোনুংগী লৈহাউ লৈবেল পাম্বী।

ইং ১৯৪০-৪১ গী ৱানি। মতমদো ঐ ক্লাস নাইন কাবকপদা মঙাযবী। ক্লাস অনৌবা কাবা হাযবসি অনৌবা অহন অহনবা লাইবিক লৈনৈ। অনৌবা অহনবা লাইবিক পানিংবা হাযবসে হৌনশানি। অনৌবা লৈবদা ডাঃ কমলনা ইবা 'মাধবী' উপন্যাস যাওবী। মৈতৈলোন্দা ইবগা ওইবে, নুংশি-নুংঙনগী মবমদা ইবগা ওইশিল্লে অদুদদি নুমিদাং অমদা মাধবী উপন্যাস অদু লোইনা পাথোক্লে। ডাঃ কমলনা ইবম্বা 'লৈ পবেং' হাযবা শৈবেং লাইবিক অদুমসু ক্লাস সেভেন্দা টেক্স বুক ওইনা তমখি। শৈবেং লাইবিক অদুসু হন্না হন্না পাখি। হৌজিকসু চীনফা পুবি। শৈবেংশিংদু চীন্দা পক্লী। লাইবিক অনিমক্তা লাংথাবানগী লৈহাউ লৈবেলগী মবমদা ওক্লোক্লা ফজনা থাদুনা ইখ্রে। যেংনিংখি লৈহাউ লৈরেন। লৈহাউ লৈরেল পাম্বীদু উনিংবনা লাংতরুখি।

লাংথবান্দা চৎতুনা লাংথবান কোনুং অমনবা, কমলগী কাঞ্চীপুব যেংলুসি হাযদুনা ইমান্নবী কযা হৌকই। কনা অমতা যাবক্তে। মমা মপানা যাবক্লোই হাযনা

খুমলকই। ইমাগ্নবী ছাত্রী নুপীমচাশিং কনা অমতা যাবক্তুবদা কনা হৌদুনা চৎসিগে খল্লী। নোংমা ঐগী মকপ ছাত্র অমদা ঐনা লাংথবান লৈহাউ লৈবেল যেংনিংবগী ৱাফম অদু হৌদোকলুই। ছাত্র অদু চূডাচান্দ হাযস্কুলদা তম্বনি। মহাক সেগা লম্বীগী হোদাম লৈবক মপাদে খজিক্তং হেন্দোক্লগা মখা পাঙনা চঙখ্রিবা ঙানপ্পী থোং তাবা লম্বীদুগী মচীন্দা সোডোক্না থংননা লৈবা ইখোলদুদা লৈবনি। ঐগী যুম্না ক্বাকৈথেলদনি। ঐনা তম্ফাসনা স্কুলদা তম্বনি মহাক্না চূডাচান্দ স্কুলদা তম্বনি। ফনা শাংনা ঐখোয অনী লম্বী তিন্নৈ। লাংথবান চৎপগী ৱাবী শাবিবসি কুন্নকপদনি। লম্বীদনি।

ঐগী মকপ ছাত্রদুগী মমিং গৌবমনি কৌই। গৌবমনিগী শক তাকপদা খ্বাইদগী লাযবদি মহাক সাহিত্য কবি অমা ওইবম্বা পাচা মৈতৈ হাযবদুগী হেক পোকমীনবা মযাম্বা অহলনি। মহাক ঐঙোন্দা ইচে কৌই। মহাক্না হাযবকই— "ইচে। ঐসু লাংথবান চৎনিংবা কুইববনি। ইচেনা হৌদোবকপা তান যাম চাবে। নোংমা হেক্তা চৎসিনে।" মাগী ৱাফমদু তাবদা ঐনা অদু ওইববদি লাক্লিবা থাংজ নুমিৎ অসিদা হেক্তা চৎলসি। থাংজদি ছুটি তংখায থাববনিনা ছুটি হেক থাবগা যুম যুম যৌনব্বা তৌদনা অদুম লাংথবান তম্না হাইথবসি।

অসূম্না ঙাঙনবগা থাংজ নুমিৎতা ঐখোয লাংথবান তম্না চৎলে। গৌবমনি মী পীকই। মাগী সাইকলদি নেম্মী মচানি। মহাকপু মমাগ্নবশিংনা মমিং জাৎ জাৎ থোন্দুনা লকনৈ। সাইকল মচা তোংবা লমথুংবা, বাম কোর্ত্তান, পৈশা অনীচৎপী, শিকি অসিনচিংবা। লম কোযবা পামজবা মীতানি। গৌবমনি মাগী সাইকল অদুদা মাগী মকপ অমগা পূন্না তোংমিন্নৈ। ঐনা ঐগী একাগাডীদা তোংঙি। ঐখোয ৩ লংথবান চীংখোং যৌবে। ঐগীসু মখোযগীসু গাডী ২ দু খিন্দুনা থল্লগা চীংখোঙদুগী নাপী মথক্তা হুমাং হন্দোকপা ওইনা পোথাবি ফমদুনা। ঐখোযনা ফল্লিবা মফম অদু তম্না অহল অমা চঙশিল্লকই। অহল অদু খুদৈ শেৎলি খুদৈ অমনা মবেংবান্দা যাল্লী। চঙশিল্লক্লগা মহাক্না ঐখোযদা হংঙকই—

— ইচাশা নখোযবু মসিদা কৈদৌবা লাকপনো?

— ঐখোয লাংথবান লৈহাউ লৈবেল যেংবা লাকপনি। ঐখোয স্কুল মচা ঙাক্তনি। ৱাদুনা মফম অসিদা পোখাবম্বনি। লৈহাউ লৈবেল পাম্বীদুবু কদাযৱাযদা হৌবিবগে ইপল? ডাঃ কমলনদি মানা ইবম্বা 'মাধবী' হাযবা লাইবিক অদুদা ওহ্বোক্না ফজনা থাবমখ্রে। মদু পাকব্বদা যেংনিংমন্দুনা লাকচবনি। ইপলনা লৈহাউ পাম্বীদুনা হৌবিবা মফমদু ফাওবদং পুবীবম্মুবা থবক অচিনবা লৈত্রদি।

— ঐ শল হোইগৎকে লাকপনি। অদুবু নখোয়না য়েংনিংলবদি লৈহাউ হৌফম য়ৌবা ফাওবদংদি চৎলুবসি। লৈহাউ পাম্বীদি হৌদ্রে। চহী য়াম্লক্লদুনা কুইবক্লদনা মতোমতা মপাল মরু ফুক্লা তুশ্রবনিনে।

— তুশ্রবসু হৌফম মফমদুতং যেংজনিংঙিনে ইপল।

অদুদি লাকও চৎসি হায়দুনা মাগী তুং ইল্লকউ হাযবে। অদুদা ঐনা সাইকল অসিদি কদাযদা থনমগনি কন্নাদা শিন্নবমনি হাযবদা ইপলনা অদুদা অদুম থনম্মু ঐখোযগী লংথবান অসিদি হুরান চিষ্টি লৈতে। মাংঙোই মাংঙোই ঐগী তুংদুম ইল্লকউ হাযবে ইপলদুনা। অসুন্না ইপল অদুগী তুং ইন্দুনা লাংথবান চীং কাখৎলে। উবা ফংলে লাংথবান কোনুং অমনবা, সনথোঙ লৈবম্বা মফমগী অতেক অকায, মতম অমদা ফজনা লৈবল্লবসু, কোনুং ওইবল্লবসু হৌজিক্তি মল্লে লোইনমক নীংখাযবে। মতম অমদা লৈবম্মী হায়বত মঙাযবে। অতেক অকায ময়ামদু উবদা কমলনা হায়বম্বা ওইবা তাই, "শেম্বা হৌগৎলকপা নুংঙাইবগী মশক্কি, নীংখাযবকপা মম্থবকপা অরাবগী মশক্কি।" হাযবদো।

— ইপল! চন্দ্রনদী তুবেল হাযবদু কদাযরাইদা চেল্লী? মদুমসু যেংনিংঙিনে।

— অদু আদগী খোযদ্রিং খোংদ্রাং খোং ১ চেল্লিবসে মসিনি চন্দ্রনদী হাযবদো। ইপলনা খুদোম্বী থিন্দুনা ঐখোয়দা তাকই।

অসি ওইবে চন্দ্রনদী হাযবদো। ঐদি খোংবাল অমনবা ওইববোই নীংলুবা। গৌবমনিনা পাংশিল্লকই-খোংবান অমনবা অসিবু ডাঃ কমলনদি কযাদা ফজনা থাবমখ্রবা। ঐখোযনা লাক্লিসি খোংবাল মচাসি লাংথবান চীংথক্তগী যেংনবা লাকপা ওইবেনে। অদুবুদি কবিগী কল্পনাদৈ থাবনিদনা।

ইপলনা খুমলকই নক্তে নক্তে ইবুংঙো। নোংজু পাম্বাদদি চন্দ্রনদী তুরেল ওম্লোক্লা ফজে। তুবেলগী তোর্বান ২ মক্তা অশংবা মনা মশীঙ, উপাল লৈপাল মচা মচা ইশং শংনা হৌই। লমলক্কী মচু মচুগী লৈ-শূ কযাসু মবক মবক্তা হৌবা শাৎপা, তুবেলনা ঈমায চোম্না ঈশিং চেনবা মতমদদি ফজখ্রপোৎনি। হৌজিক্তি নিংথমথা ওইবনিনা কংদুনা তৌবনি।

ঐনা হায-ইপল লৈহাউ লৈবেল হৌফমদু অমুক যেংলুবসি হাযদুনা ইপলনা মাঙ থাবগা ঐখোয ৩ না তুং ইন্দুনা মথং মথং চৎলে। লৈহাউ লৈবেল হৌবম্বা মফমদু যৌরে। ইপলনা হংলুবা তৌদনা লৈহাউগী মবমদা ৱাবী লীথবকই-ঐখোযনা খঙলকপদদি লৈহাউ শাৎলমদ্রে। উ পাম্বীগী চহী যাম্মক্তুনা মপুন্সি লোইশিল্লকঅম্মে, কংলি কংলি তৌবম্মে। খবা লৈবগা নোং নুংশিৎ অকনবা অমা লাকখি। নোংমা

অহীং ১ দি নুংশিৎ ওঙ্খোক্লা কন্না শিৎলি। নুমিৎ অদুগী অহিংদা লৈহাউ পাম্বীদো তুবম্বনি হায়নখি। তুবকপগী মখোলগী শব্দদো ওঙ্খোক্লা কনখ্রে, হৌখ্রে হায়নৈ। লংথবান হৈবোক চীঙ্গোল থক থক নীকখি হায়।

লৈহাউ পাম্বী তুব্বা মতুংদা মীনা কিন্নদুনা শোরুম্বমদে। লাইওইব্বা উপালনিসু হায়নৈ। চহী ২-৩ লৈববা মতুংদগীদি হায়নবম্বা রাফমশিংদু ঙন্না কাউনখ্রে। লোন্না লোন্না শীংজঙ, থাঙজৌ, পুনবক্তুনা মশা-মবেং কক্তুনা শীঙ থাননবা খবা খবা লৌনবকই। অসুম্না তত্তনা লৌনবকপদগী চাউখ্রবা লৈহাউ পাম্বীদু লোইশিনখি।

মক্ন অচৌবা, মঊ অচৌবা অনীদুদি লোইশিনবা ঙমখিদে। লোন্না থুপ্না লৌনবা অদুনা লোইশিনবা ঙম্লমদবা যাই। ফোংনা লৌজবো হায়ববদি মচেৎ অমফাও তাহৌরোইদবনি। পাম্বীগী লেমহৌবিবা শবক্ক অযাম্বা চীংগী লৈবাক্লা ফুমজিনখ্রবনি। নোংজু পাম্বা খুদিংগী ঈচেলনা চেম্থবকপা চীংলৈপাক্লা কুপশিখ্রবনি। ঐখোয়না অহল লমন ইপা ইপুনা তম্লম্বদগী তাবদি লৈ শাৎপা মতমদদি হৈবোক চীঙ্গোলসি লৈনম্না লৈবা যাদে হায়নৈ। পাম্বীনগা চাউবে রাংবনগা সোবারেন পক্লা রাংলে, অদুগী মথক্তা অরাংবা চীংথক্তগা হৌবে শীৎলকপা নুংশিৎনা হুন্নবক্কপা কন্নানা থিংবা ঙমলুগনি। মতম অমদা লাংথবান কংলৈপাক শাৎনা ফাওবম্বনি। ফজৈ হায়নদুনা কোনুং ওইবল্লিবনি।

ইপলদা ঐখোয়না হায়রে ইপল ঐখোয় ঙসিদি হুনখ্রগে। স্কুল ছুটি থাবকপদগী যৌনিংমনখ্রদুনা সোমদা সুম হাইথবক্লবনি। যুম যৌকদ্রি। ঐখোয় অমুক হন্না লাকখিগনি। যেংনিং খঙনিংবা যাম লৈবি। অমুক লাকপদসু ঐখোয়বু খবা লমজিং লমতাক পিয়ুকো। কবিগী তাক্তনি ঐনা খঙবা মখৈ তাক্কনি। লাংথবান, অমদি হৈবোক চীঙ্গোল থুংনা ঐনা নখোয়বু পুদুনা যেংহনগনি হায়না ইপলনা হায়।

অদো ইপলগী যুম কদায়দনো? মিংনা কবি কৌবগে? তাকপিযু ঐখোয়না হয়েংমুক লাকপদা থিবক্লবা হায়দুনা ঐখোয়না ইপলদা হায়।

মদুদা ইপলনা ঐগী মিং তোমচৌ কৌই। ঐগী যুমদি খুদোম্বী থিন্দুনা যেংঙো তু আদা উবিবা চীংখাগী চীংখোং অসিদা থোঙ্গাল অমা লৈবিসে মসি নপলগী থোঙ্গালনি। মসিদা চঙলক্লগা ঐবু থিবো।

ইপলসু শমুক থাদোকখিবদু হোইগৎকে হায়দুনা লাকপনি অদুদা নখোয়গা থেংনবনি। ঐ শল হোইগৎলুখিগে। অদুগা নখোয়সু নযুম নযুমদা হল্লো। নখোয়গী অহল লমন্না হল্লক্কে হায়দুনা নুংশা থীনবল্লনি। অসুম্না নুমিৎ অদু ইপল তোমচৌগা ঐখোয়গা কায়নবক্লে।

# লাংথবান লৈহাউ লৈরেল-২



পুৰাবীগীনা লংথবান কোনুং অমনবা,
হৈবোক চীংগী মহাদেব, লিলাখোং মবিল।
ডাঃ কমলগীনা কাঞ্চীপুব, চন্দ্রনদী।

ইং ১৯৪২ গী হৌগৎলকপা মতম্নি। নোংমাইজীং নুমীৎ অমদা চৎসি হাযনখি। লেপ্লখিবা নুমিৎ অদুদা চাকঙন চাবগা চৎলে ঐখোয ৩। অহানবা লংথবান চৎপা খোঙবু অদুনি। যৌবে লংথবান চীংখোঙ। ইপল তোমচৌগী থোঙ্গালদা ঐখোযনা তোংলকপা গাডি খিন্দুনা থনম্লে। ইপলদো চাক তোক্লগা ফমেনগী ফমফম ফক্তা হিদাকফু অমা পাযবদুনা হিদাক থক্কুনা ফমদুনা লৈবম্মী। ‘ইচাশা নখোয অমুক লাক্নে।” হাযদুনা ঐখোয়বু তবাম তবাম ওকপী। লাউ লাউ ঐগী ইনাক্তা ফম্মো লাউ হাযনা।

মৰূপ অনী অদুনা হায়-ইপল ঐখোযগী ইচে অসি কুমশি মেত্রীক পবীক্ষা থাগদৌবি। স্কুল কাগদবা মতম লোইবে। লমজাওদসু তোযনা চৎপা ফংলবোই। অদুনা ইপলবুসু উনদবা কুইবে উনকসি। লাংথবান কোনুং অমনবসু মপূং ফানা লোইনা যেংলুসি হায লাকচবনি ইপল।

ফৈনে। কৈদৌগে যেংথোক্লগা লোইবদুবো। চৎসি যেংলুসি। ঙসিদি ঐসু থবক খবা কোম্মে ইশূশিংনা ইপুবোক ঙসিদি নোংমাইজীংনিনা ঐখোয স্কুল কাবোই শনশেন শনঙাক মখোযনা লোইনা তৌগনি ঐবু পোখবো হায়নে। অদুনা ঙসিদি ওহ্থোক্লা তান চাবে। চৎসি লাকও হাযদুনা ইপলনা মাঙ থাবগা ঐখোয় ৩ না তুং ইল্লদুনা লাংথবান চীংদুম মচাদু কাখৎলি। চৎনা চৎনা ইপলদা ঐখোযনা হায়-ইপল। লংথবান কোনুং অমনবসিগী মবমদা ইপলনা খঙবা ৱাবী মখৈসু লীবিযুকো ইপল। অমতা চিংথদনা লীবিগদবনিকো/ কো ইপল।

হোযদা হোযদা। ইচাশিংনা খঙনীংবা মখৈ ইপলনা লোইনা লীথোক্লগা লোইবেদনা। হাঃ কবি হাযগে? মদুনি ঐখোযনা পামজবিবা হাযনা খুম্মী। লাংথবান কোনুং অমনবা, শ্রীগোবিন্দগী মন্দিবনচিংবা লৈবম্বা মফমদু যৌবে। ইপলনা হাযবকই-লাকও লাকও ইচাশা যেংঙবো। কোনুংগী শঙ্গায, মহাবাজনা লেঙশিল্লম্বা পূম্নমক ঙম্না তেকখবে, কীম্বুবে, মাঙখ্রে। মল্লসু মন্না লৈবিবা হাযববু শ্রীগোবিন্দনা লেঙশিন্দুনা লৈবম্বা মন্দিব অসিতা মঙাইবে। লাইনা লেঙশিন্দুনা লৈবম্বা মফম ওইবনা পাক থুগাযবা মাঙহনবা ঙমদবৈ ৱানি। খঙঙেদনা ইচাশা লাইদি মীবাযবা যাদবনিকো। যেংঙোলাও সিদৈ খবা কুৎথবা মপা অসিদা লেপ্লগা। মফম অসিদনি লংথবান কোনুংদা শুকং অমা লৈ হাযনবদো। হৌজিক্তি চঙফম অসি লমহুই মখুলমুক্তা লাওবে হাযবা। ঐখোযনা অঙাং নুপামচা ওইবিঙেগী মতমদদি মী চঙবা চল্লম্বনি। হৌজিক্তি লোইনা ফুনখ্রে চেকতেক, চেক্কুপ, লৈপাক্লা ঙম্না ফুনজিনখ্রে। মতম অমদা লৈবম্মী হাযবতা মঙাযববনি। সে যেংঙু মসিনা মন্দিব চঙননবা সনথোঙনি। শ্রীযুৎ মহাবাজ ইবুংঙোনা সনা কোনুংদৈ শ্রীগোবিন্দ খুকম্নবা লেঙথোবকপদা সনথোঙ অসিদা লেঙশিনগদবনি।

অৱাং পাংববোমদা খবা লাপতক্লা সনথোঙ অচৌবা অমা উবিবসে মসিনা মী চৎথোক-চৎশীন তৌনবা কোনুং অপূম্বগী সনথোঙনি। সোম' লাকও অদুগা য়েংঙু মসিনা কোনুংগী বাসমণ্ডল পুখ্রী হাযবদো। মতম অমদা কোনুং ওইবিঙেদদি ওহ্থোক্লা ফজবম্মী হাযনৈদা। খূৎলায পাযবা সিফাইনাকাসু ঙাক শেল্লম্মী হাযনৈনে। পুখ্রী অসিতা নত্তনা অকোযবা অসিদা লৈবা পুখ্রী ৪ নি। পুখ্রী ৪ অসিদৈ খ্বাইদগী চাউবা পুখ্রীদি তু আদগী অসিনি। ওহ্থোক্লা পাক চাউখ্রবা পুখ্রী ঙাক্তনি। হৌজিক্তি শেন্নবিনবা কন্না লৈত্রবনিনা জঙ্গলগী পুখ্রী ওল্লেদো। খ্বাইদৈ চাউবা অসিমদি লাইবেল



বাসমণ্ডল পুখ্রী

লৈ হাযনা কিনদুনা কনামতা চঙনদে। হুপ-তৌবাঙতনা পীক থন্না হৌজিনখিদুনা মীসু কুম্বা যাদ্রে। মতম অমদা কোনুং ওইবম্মী হাযবতা মঙাযবে হৌজিক্তি অতেক-অকায ঙাক্তুনা লাংথবান কোনুংগী লৈতেং ওইবেদো।

ইপলনা খুদোম্বী থিন্দুনা তাকই লিল্লাখোং তুবেল। খোংমচা অসিনা লিল্লাখোং ওইববদি চন্দ্রনদীনা কবম্বা মফমদা চেল্লিবা হাযনা ঐখোযনা হংঙি। ইপলনা হায লিল্লাখোং চন্দ্রনদী তুবেল অমতনি। মমিং ২ থোনবনি। মদু নখোয খঙনিংব্রা হাযনা হংলকই। অদুদগী ইপলনা হৌদোবক্তুনা নাপী মথক্তা পোংথবা ওইনা ফম্মী। হেক ফমথবগা তুবেলগী মমিংগী মবমদা ৱাবী লীবা হৌবকই। খোং অসিবু তৌহলম্বনি লমমাংদোং যৌবা ফাওবা। তুবেল অসি তৌবদা থা ৪ চঙঙি হায। মতম অদুদদি তুবেল অসি পাক-চাউবম্মী। ঈচেলসু ফজনা কন্না চেল্লম্মী হাযনৈ। হৌজিক্তি কন্নানসু যেংশিনবিদ্রবনিনা চহী খুদিংগী নোংজু পাম্বাদা লৈবাযনচিংবা কীম্বুবক্তুনা, উ-ৱা তেকশিল্লক্তুনা ইফুল ফুক্লে ঈচেলসু পীকশিল্লক্লে।

ডাঃ কমলগা ইপলগদি থেংনহৌদে। মমাল্লবনা তম্বদে তাবনি। লাইবিক লাইশু ইবা মী অসি তীনপু লাইপুবদৌনা তৌব্রা খঙদে। কমলদি তৌই হায। মহাক লংথবান মচানি। লাংথবান্দা পোক্লগা লাংথবান্দা চাউখিবনি। থাবল ফববা অহিংদা মতোমতা লাংথবানগী অকোযবদা মহৌশাগী ওইবা ফজবা মযাম য়েংবা চৎলি। মদুদা মহাক মশাদা অকিবা অমতা ফাওদে। হৈবোকচীং কায, লংথবান চীং কায উবক ৱাবক্তা

শম শমদুনা চৎলি। অসূন্না নোংমা থাবল ফব্বা অহীংদা নোংঙাল্লমদাইগী মতমদা লাংথবান চীংথক্তা ফমদুনা থাবলগী ফজবদু যেংদুনা লৈ হায। মদুদা লিল্লাখোংগী ঈচেল নোংজুথা ওইবনা ঈমায চোন্না ঙৌবোক ঙৌনা থাবলগী ইপোমগা লোযননা চেঙ্খবকপা উখি। ফজববা ঈচেলদু উবদগী লিল্লাখোংগী মমিং মহাক্না "চন্দ্রনদী" হাযনা থোনখিবনি হায। চন্দ্রনদী হাযবসিমক্তি কংলৈলোন ইমাবোল অশেঙবা নত্তেদনা। বাংলা ৱাহৈনি মীবমগী লোন্নি নত্রদো। চন্দ্র হাযবদি থা হাযবনি নদী হাযবদি তুবেল হাযবনি। ইপলনা হাযবিসিবো চুমদ্রব্বা হা? হাযনা হংলকই। ঐখোয ৩ সু চপ মান্ননা চুম্মী চুম্মী হাযনা খুম্মী।

ইপলনা মখা তাথবকই-নুমিৎ অদুগী অহিংদা লিল্লাখোংদা ফজনা চেনখিবা ঈচেল অদু উবদা কমলগী পৃক্লিংনা খল্লকপা অপাম্বা মতুং ইন্না থোনখিবা মমিংনি। হৌজিক্তি মীযাম্না লিল্লাখোং হাযবা অশেঙবা মমিংসি পনবু পন্নখিদ্রে। চন্দ্রনদী হাযবগা খঙনবে। মসি লংথবানগী অকোযবদা অমদি হৈবোক চীংগী চীংযা অমদি হৈবোক চীংশাং লোইবা ফাওবগী লম মখৈদা চন্দ্রনদী হাযনববসু তুবেল অসিনা চেঙ্খিবা মখাগী লমদমদদি লিল্লাখোং অদুম হায়নবি কৌনবি। মতমগী মতুং ইন্না তুবেল অসিগী ঈচেলদি অসুম অসুম পীকশিল্লক্লি।

মথংসিদি লৈহাউ লৈবেল পাম্বী হৌফমদুসু অমুক্তং অবোইবা ওইনা যেংলুবসি হাযনা ইপলবু পুদুনা চৎলে। চৎনা চৎনা ইপলনা হাযবকই— নখোয় চহী ২ রোমগী মমাঙদা মসিদা অমুক লাকঅম্মীদনা। মতম অদুদদি উপাল অদু মশা মবেঙ খবা যাওনা উখিদনা। হৌজিক্তি কবিমত্তা উবা ফংখিদ্রে। মফম অদুদা মতম অমদা চাউখ্রবা উপাল অমা হৌবম্মী হাযবৈ খুদম অমতা উবা ফংখিদ্রে। মমি ফাওবা তাখিদ্রে। অদুবু মফম অদু নখোযনা যেংনিংঙি উনিংঙি হাযববদি ইপলগীদি কবিসু হাযবা লৈতে যৌকসি চৎসি লাকও হাযবে। ঐখোয চৎলে। মফম অদু যৌবে। চহী ২ গী মমাঙদা উবম্বা তুদুনা লৈহৌবা লৈহাউ লৈবেল অকঙবা উজাও ২ অদু উপালদি লাযবদনা মশা মতেক অমা ফাওবা তাবমদ্রে। ইপলনা হাযবদো চুম্নম্লে। লম অমা অনীরোম চৎলগা ইপলনা উবী উনা ফোযদোকই, শেৎতোকই, ফাক্তোকই, লৈপাক খোৎতোকই। ঐখোযসু ইপলগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা ইপলগী মতেঙ পাংঙি। ঙহাক লৈবগা ইপলনা হৌনা লাউবকই— ইচাশা লৈবে লৈবে। যেংঙবো।

ইপলনা লাউবকপা অদুদা মনাক্তা চঙশীল্লে। যেংবদা উবে লৈনুংদা ফুমদুনা লৈবিবা লৈহাউ লৈবেল পাম্বী অদুগী শব্দক খবা। ইপলনা হায— লাইওইববা

পাম্বীনিনে, মশা মাঙবা যাদবা পোৎশক ওইবনা লৈনুংদা লোৎতুনা লৈবিবনি। ঐখোয়না খোৎতোক্লিবা অসি হান্নগুম অমুক খোৎচীনসি। মফমসি উদনবা ফুমজিল্লমসি। নত্রবদি পাখঙমচা অঙাওবশিংনা হোত্তোক্লুনা মচেৎ মচেৎ শীংজঙনা ককথৎতুনা ফক্লগা লৌথোকখিবা যাই।

ইপললনা তাকপীবা মতুং ইন্না লৈপাক খোৎচিল্লম্মী। অদুগা হোৎতোক্রম্বা মানদনবা ঊবী-ৱাবী, উনা ৱানানা ফজনা কুপশিল্লম্মী।

হৈবোক চীংগা লাংথবান চীংগা চীং ২ অসি অমমমনি তিন্নদে। তোঙান-তোঙান লৈবনি অদু ইচাশিংদা তাকপীবমগে হাযদুনা ঐখোযবু পুদুনা চৎলি। ঐখোযসু মাগী মতুং ইন্দুনা চৎলি। লাংথবান চীং হৈবোক চীং ২ গী তাইনফম যৌবে। চীং অনীগী মবক্তা লম্বী অমা লৈ। লম্বী অদু চীংদগী পংনেম নেমথবদি নত্তে। চীং খবা পীক্তক তৌবা চীংখৈ পাংনা শন্দোকখ্রিবা শ্রীগোবিন্দগী মন্দিৰ লৈবম্বা অসিনি লাংথবান চীং হাযবদো। অদুগা খা পাংনা লৈবিবা অসিনা হৈবোক চীং হাযবদুনা। হৈবোক চীং ওখাক চাউবনি। মনিং থংবা শকক্তা খা পাংনা শন্দোকখ্রিবা অসিনা হিযাংথাং যৌবনি। হিযাংথাং যৌবগা অমুক নোংপোক পাংনা শন্দোক্লুনা চজীং যৌবমদাইদা লোই।

তো মসিগী লম্বী অসিনা হিয়াংথাংযৌনা চৎনবা লম্বী। লম্বী অসিগী মযায় য়ৌবকপা অদুৱাইদা চীংমায়দা মমায নোংচুপ ওন্দুনা লৈবনি মহাদেবগী খুভম। মদো হৈবোক মহাদেবগী খুভমনি। মহাদেব অসি চহীগী চৈবাওবা নুমিৎতা খুকমনৈ। লাই খুরুম্বা অনকপদৈসু লাক্লে। অবাপ অবাপ্পা মফমদৈসু লাক্লুনা খুকমনৈ।

ইপল ৱাবম্মনি হায়দুনা মফম চাবা চীংমায নাপী হৌবা মফম অমা থিবগা ঐখোয় ৪ হুমাং হন্দোক্লুনা ফম্মী। ঐখোয়না হংঙি আদা উবিবা হৈবোক চীংগী চীংথক্তা মযাযৱাইদা তাবিবা অসিবু মৈতৈ খুনলা হায়না। খুল অসিদা মৈতৈ তাদে কবুই খুলনি, কবুই তাই। খুল অসিবু সিদগী উবদদি পংচাও চাওবা মান্দে। মী কয়া যান্না তাবমগদগে খুলসিদবো। ইপলনা খুন্নকই চুম্মী, উবিবা খুল অসি কযা চাউদে। খুল অসিগী মমিং লাংথবান যৌপুম, কৌই হৈবোক চীংদা লৈজববসু। খুল অসিগী নুংঙাইখ্রবা ৱাবী অমা লৈনে। ৱাবীদু নহোয় তানিব্রাও ?

ইপলগী ৱাহংদু তাবদা ঐখোয ৩ অমতা ওইনা তানিংঙি হাযনা খুন্নম্মী। অদুদগী ইপলনা মখা তাথবকই—খুলসি পংচাউদি চাউদে অদুবু মীদি কুঙনা তাই।

অদুবুদি কবুই খুলনিদনা। মসিদা মাইবা শাবা মৈতৈ অমা লৈবম্মী। নহোযনা মৈতৈনা কবুই খুলদা কবম্না লৈবিবনো হায়না ঙক্রমগনি। সে শুম তৌবা জাৎনিদা। খুল অসিদা অনা অযেক থোক্লকপমখৈ মাইবা অসিনা লাযেংঙি। মহাক অহৈবা মাইবনি হায়নৈ। খযোম লাকপা, চবান থাবা, থৌ তৌবা লোইনা হৈ। পূক শূদুনা অনা লাযেংবসু হৈ। শম্না হাযববদা মহাক শিন শুবা মাইবনি। মাবু থাজবদগী খৌপুমগী কবুইশিংনা মহাক নত্তনা কনা অমত্তদা লাযেংদে। ওজা মাইবদো মশকসু ফজে, মীওই মীতৌসু চঙখোল্লী লেমজৈ, মগুণ লৈ। খৌপুম কবুই মখেনদি অতৈবু লাযেংহন্দ্রবনিনা খুল অদুদা তোযনা লাকপা তাবনি। সুম তোয়না লাকপা মবম্না মমৈথংদদি কবুই নিঙোল লৈশা অমগা ওজা মাইবা অদুগা নুংশিনবে। নুংশিনদুনা লৌন লৈনবে। মমাঙঙৈদদি জাৎ তিন্নদবা মশেল লৌনা লৈনবসি কযা চৎনবমদেদো। হৌজিককুম্বা নত্তেনে। মতম অদুদদি অমাং অশেংসু ওম্ভোক্ল কনশ্রবা মতন্নিদো। মাংলে হাযনা ইম্ভোক্লবদি ব্রম্মসভাদা শেল পীবগা শেংদোক্লবম্মী। মসি খুন্নাই অসিগী চৎনবী ওইদুনা লৈবমলিবনি।

ওজা মাইবা অদুগী ইমুং-মনুং, মমা-মপানা নওদি জাৎ তাব্রে, কবুই নুপী জাৎ তিন্নদবা লৌবে, মাংলে হাযদুনা ইম্ভোকপিবে, মযুমদা চঙহন্দ্রে। লৈকাই খুলনসু ঈনথোকপিবে। মহাক কবুই নিঙোলদুবুসু খাইনবা ঙমদ্রে। ওজা মাইবদো খৌপুম খুন্দা অদুম লৈবা তাখিবনি। ওজা মাইবনা খুল অসিদা লৈবক্লিবা অসি চহি ৫০-৬০ বোম হেল্লক্লম্বা যাবে। মহাক শাথিনা মবিল খাখ্রবা মীওই অমনি। মহাক্লা খৌপুমদা লৈখিবা নুমিৎতগী হৌনা ঙসি ফাওবদা মৈতৈলোন ঙাংদে কবুই মরোল নত্তনা। ঐখোয অহল ওইবক্লবা খবা নত্তনা কনাগুম্বা অমত্তনা মাবু মৈতৈনি হাযবা খঙদে। মাগী মচা মশূ পুম্নমক কবুই মমিং থোল্লী। নখোয়না কবিগুম্বা মনাক্তা চঙদুনা ঊনকব্বসু মহাক মৈতৈনি হাযবক্রোই, মৈতৈ লোল লোল্লক্রোই। মহাক হৌজিক শিদ্রি হিংলি। চহিদি ওখাক লৈশিল্লক্রবনি। মশাসু যাম নানবনি। মহৈসু য়াম হৈবনি। অদুবু মহাক কবুই ওনখ্রে। ওম্ভোক্লা পাম্মুখ্রেদা।

ওজা মাইবদু মবিল ওম্ভোক্লা খাখ্রবা জাৎনিদনা। ওজা মাইবদুনা মৈতৈগী অহল লমননা, মমা মপা যাওনা মাবু ইম্ভোকলিবশিং অদুদা লমন খুন্নিবনিদনা খুমসনু। ইপল মাবু কবি লৈকাইদগীনো হংবদা ইপলনা অসূম্না খুন্নকখি—

পিশূম চীংগী মনিং মপাদা নম্খুল তুবেলগীনা নোংচুপ থংবদা লৈবা খাগেমপল্লী হাযবা লৈকায অদুদগীনি হায়নে। অদুদা নখোযনা লমন খুন্নিবনি হাযবদো অমরোমদদি

যান্না চুম্মী। অদুবু চৎনবী হাযবা অমা লৈবিদো। জাৎ তিন্নদবা মশেল লৌনবা যাদে হায়দুনা খুন্নাইসিগী চৎনবী পথাপ মতুং ইন্না তৌবনি। অহল লমন্না তৌবিবা অদুসু লান্দে অদুগা ওজা মাইবনা পাঙথোক্লিবা অদুসু চুম্মী।

ইপলগী ৱাসিদি কৈনৌ ৱাযেন হাযবদুনিদনা হাযবগা ইপালসু ঐখোয অহুমসু তুমীন তুমীন ঙহাক ফমদুনা লৈনৈ। অদুদগী ইপলনা ৱা মখা তাথবকই-ইচাশা নখোযসু ৱাবম্মনি। ইপলসু ৱারে পোথানিংলে। ঙসিগীদি লোইশিল্লসি নখোয হল্লো। নখোযগী অহল লমন্না হল্লক্তে হাযদুনা নুংশা থীনবন্ননি। নখোযনে হন্দক লাক্লিবা চৈবাওবা নুমিৎ অসিদা হৈবোক মহাদেব খুবম্বা লাকউকো। চৈবাওবা নুমিৎতা অনকপদা লৈবা মীসু অবাপ্পদা লৈবা মীসু মহাদেব অসি খুকম্বা লাক্লবনি। নখোযনা অমুক লাকপদা ইপলগা উনবা থোক্লবদি ইপলনা খঙবা হৈবোক চীংগী অমদি লাংথবান চীংগী মবমদা ৱাবী লীবিগনিকো।

নখোযনা হংখিদবা ৱাফম থবসু তাকপীগে। মাঙদা লৈবিবা খুলসি চাউইদনা। মসি লংথবান কুঞ্জ কৌবনি। খুঞ্জাও হাযবগসু খঙনৈ। হৈবোক চীংদা তাবিবা কবুইশিংনা লৈবিবা খুলবু লংথবান খৌপুম হাযনা খঙনবনি। হৌজিক্তা ঐখোয মবী খৌপুম খুলগী মবমদা ৱাবী শানখ্রেদনা। লংথবান খুলগী কবুই অযাম্বদি চীংখাদনা লম্বী-থোং, ঈশিং মায়শিংগী খুদোং চাবা হেল্লী হাযদুনা হোংথবক্তুনা লৈনবে। লাংথবান কুঞ্জগী মৈতৈ মচাশিংসু শীঙ-যেনগী তাংজফম ফৈ হাযদুনা চীংখোঙ চীংযাদা লম-তু খোপচিন্নদুনা লৈনবা যাওবে।

মহদেব মনাইগী খুল মচাদুগী মবমদসু হাযখ্রেদনা। হৌজিক্তি খুল মচাদু যুম মশীঙ্বু ফনা যান্নমালে। মীশিংসু হান্নদগী হেনগৎলে হাযনা তাই। হৈবোক চীংগী মোইবাং লাইজী পাংবদৈ মৈবম পাংনা চীংযাদা নপ-নপতুনা খুল অমসু তাখ্রি। খুল অদুগী মমিং নাবল কোঞ্জিল কৌবনি।

হৈবোক চীংগী অমদি লাংথবান চীংগী অকোযবদা তাবিবা খুলশিং অসিবু কোল্লিবা লাইদি হৈবোক মহাদেবনিকো। নখোয যৌবো থেঙথ্রনি।

ইপলনা চৎলো হনখ্রো হাযবা অদুদা ঐখোয ইপলদা কাযননবা যাথং লৌবগা যুম পাঙনা একাগাডীদু থৌদুনা লাক্লে। ইপলনা ঐখোয অহুম্বু যেংদুনা লেপ' লৈহৌই।

# লংথবান লৈহাউ লৈরেল-৩



**লাংথবানদা লৈবা হাওমচা পুখ্রি।**

ঐনা লংথবান চৎপসি ঙসিগীদা থাববদি অহুমশুবা খোঙচৎনি। মমাঙঙৈদা স্কুল তম্লিঙৈ মতমদা অহানবা চৎখিবদি ইং ১৯৪২ দনি। অনীশুবা খোঙচৎসু চহী অসিমক্তদনি। হন্দক্কী খোঙচৎ অসিনা চহী ৩৬-৩৭ কী মতুংদনি। সবকাবগী থবক তৌববা মতুংদা ওফিসকী থবক্কা মবী লৈননা চৎপা খোঙচৎনি। ঐনা সবকাবগী থবক পুবিবনা নুপী অঙাং চাওখৎনবগী থৌবমদনি। থৌবম অসিগী পোৎলুম অমা পুবদুনা চৎলিবনি ঐ। লংথবান অসি ব্লাঙোই ব্লোক্কী মনুং চন্না লৈবা খুলনি। ঐনা চৎপা অদুদা ব্লাঙোয ব্লোক্কী গ্রাম সেবিকা, পিযন, ড্রাইভব লোয়নৈ। ঐখোয মবী চৎপা খোঙচৎনি। ঐখোযনা যৌগদবা খুলনা অহুমনি। লংথবান কবুই খুল, হৈবোক মহাদেবগী লাই মনাইগী খুল। অহুমশুবা খুলগী মমিংনা নাবল কোঞ্জিন। হাযবিবা নাবল কোঞ্জিন হাযবা খুলসিদা নুপীশিংগী ট্রেনিং কেম্প তৌবি হায মদুদা ঐহাক ক্লাস লৌক্লগদৌবিবনি।

ঐখোয ইম্ফালদে খোঙশাল্লে। লাংথাবান চীংখোঙ যৌবে। ইপল তোমচৌ উনগে হায়দুনা ইপলগী থোঙ্গালদা গাডী খাম্মী। ঐখোয ৪ মক কুমথবে। ঐনা শোঙ্খাংননা মসিবু ইপল তোমচৌগী যুম নত্রববনে? জীব গাডী উবদা চেঙ্খোবকপা নুপীমচা অদুনা ঐখোয ইপুবোক তোমচৌদি হাকুম শিখ্রে।" হাযবকই। নুপীমচা অদুগী মতুং ইল্লকপী নুপী মীযায চল্লবী অদুনা হংলকই, "মযাম লেঙবিবকইসিবু ঐখোয় ইকুবোক তোমচৌ উনবিগে হাযব্রা? ইকুবোক্তি হাকুম লৈখিদ্রে। ফিবোইনচিংবদি শোনজদ্রি নক্তি নকশিল্লক্লম্মনি।"

নুপী অদুনা হাযবকপদৈ ইপল তোমচৌ শিখ্রে হাযবদু তশেংলে। শিখ্রে হাযববদুদদি উপায় লৈত্রবনিনা নীংবা কাযনা ঐখোয জীব অদু অমুক কাখৎলে। খৌপুম খুনগী চীংখোঙদা গাডীদু থম্লে। গ্রাম সেবীকা, পিযন, ঐহাক ঐখোয ৩ গাডীদৈ কুমথদুনা চীং কাবা হৌরে। ড্রাইভবগা গাডীগা চীংখোঙ্দা লৈহৌই। ঐখোযনা কাখৎখিবদু উবদা পাখঙ মচা ৫-৬ না চেনখৎলক্লুনা কাখৎশ্রনু হাযনা খাম্মী। মহোযনা হায মেদাম লাক্কনি হাযবা তাদুনা আ চীংখাদা যুম ক্লবকী শঙদা ফম্লবা থৌবাঙ তৌদুনা থম্লে। মেদামদি চীংথক কাবা ৱানি হাযদুনা ঐখোযনা শীনবিবনিনে। মখাদা কুমথবসি হাযবে।

ঐনা ঐদি খুল যেংনীংঙি। চীংথক কাদুনা খুল মনুং চঙলগা হান্ন খুলদু যেংথোকলুখিসি নুপী মযামসু উনকখিসি। মদুদগী হল্লক্লগা নখোযগী ক্লবতা ফম ৱাবী-ৱাতায শাসি। খন্নবা যাবা হীবম মখৈ হাযদুনা ঐনা যাদ্রবা অদুদা ক্লবকী মেম্ববশিং অদুনা ঐবু খুৎ পায শম্বীদুনা চীংদু কাখৎলে। খৌপুম খুল মনুংদা চঙবা য়াবা মখৈ চঙদুনা যেংথোক্লে। কবুই নুপী খবনা ফৌশু লঙনদুনা চেঙ চোইহৌই। খবা অমনা খ্বাংগী ফনেক ঙবোংনচিংবা শাহৌই। অহল ওইববা নুপাশিংনা পাযা শিবা, থুমোক শাবা, পোল্লাং, ঙাক্বাক শাদুনা লৈহৌবা উবকই। খবা অমনা উ শুদুনা লৈহৌবা, শীঙ খায়বনচিংবা তৌদুনা লৈহৌই। ওকসু লোই যেনসু লোই। কবুই খুল অমা ওইবগী শক্তমদু তশেংনা উবকই।

খুল থুংনা চৎতুনা পুন্নমক্তু যেংলুবে। যুথ ক্লবকী মেম্ববশিং অদুনা যুম অমখক্তা চঙদুনা ঙহাক পোত্থাখিসি হায়বে। ঐখোযবু পুশিল্লি যুম অমদা যুম অদু হেক চঙবদা খল্লী কবুই যুম অমতা অসুক লুনা নাল্লা লৈবম্বা থেংনদ্রি হায়না যুম অদুগা মাঙ্গোল উখোকতেন্দা হনুবী অমা ঙাদুনা লেপলম্মী। মেম্বব অমনা ইবেন মেদামহোযনা ফম্নবা ফক অমতা থাবিবো হায। মদু তাবদৈ কবুই হনুবীদু ইমুংদা

প্রপ প্রপ চঙখ্রগা ফক অমা পুথোবক্তুনা ঐখোযগী ফন্নবা থাবে। ফক অদুদা ঐখোয ফম্লে খঙহৌদে হনুবী অদু থম্মোয শোক্লা তেংথাদুনা ব্রা ব্রা কপথোক্লক্লে।

ঙহাক কপ্পুবে হাযবগা মমিৎতগী মপি তৈথোক-তৈথোক মাগী নীংঙমদবৈ ব্রাবী মতেক মতেক ওইবা ব্রাহৈনা মথং মথং লীথবকই — ইবেনদিনে জাৎ তিন্নদবা নুপা ১দা ওঙলদুনা ওম্থোক্লা নীংঙমখিদ্রেদকো। নপু মাইবা ঐগী ইপুবোইবদো মৈতৈনিদো। কবুই নিঙোল ঐবু লৌই মাংঙি হাযদুনা মমা মপানা শিববা ফাওবদা চঙবিখিদেনে। লৈকাইদুনসু শোক্লা শন্নবা যাদবা মীওইনি হাযদুনা ইম্থোকপীখি। লৈকাইদুদা ফাও মাবু চঙহনবিখিদে। অদুবু মানদি ঐগীদমক পাম্বোম তিংনা লেপ্পীখি। মহাক কবুইগী যুমদা শিখি। মপোক ৭ লক্তা নপুগী লমন্দি ঐনা শিংবা ঙম্মরোইনে। অদুনা নখোয মৈতৈ নুপীবু হেক উবদা ঐগী মীৎতগী পি তাখিবনিনে নীংঙমখিদ্রেদা ঈশূশা।

ইবেন অদুন্না হাযহৈদে। ইবেন্না ইপুগী লমন কবি অমতা তোন্দে। ইপু মাইবনা তৌখ্রিবা অদুদি নুপা থোকপা হাযবদুনি। মী অমগা মী অমগগী মবক্তা খেন্নবা লৈফম থোক্তে। কবুই ওইববসু মৈতৈ ওইববসু, পাঙল ওইববসু মহাক মীনি। ধর্ম্মনা, লাইনিং-লাইশোলনা, জাৎ-বিজাৎ খাযবনা, লৌনবা যাই যাদে হাযবা মীনা শেম্বা খুন্নাইসিগী চৎনবী আইন্না মীবু খেন্নহনবনি ইপুনা পাঙথোক্লম্বদো নুপা থোকপা থবক্লি। নুপী অমবু মাগী নুপী ওইনা লৌবিবগা জাৎ তিন্নদে হাযনা হেক্তা হন্দোকপিবম্মী। নুপী অদো মপুন্সি মাঙজে। ইপু মাইবনা পাম্বোম তিংনা শিদ্রিফাও ইবেনগীদমক লেপ্পীখি,। মদো নুপীগী হক কল্লম্বনি নুপীগী ফংফম থোকপা ফংহল্লম্বনি। ইবেনদি ইপুনা পামজবম্বা থবক খুদিংমক ইপুনা লৈখিদবদা পাঙথোকপীখিব্রা?

পাঙথোকখি পাঙথোকখি। নপুনা পামজবম্বা কবুইগী হৌনবী মতুং ইন্না পাঙথোকখি। অদু ওইববদি ইপুনা পামজবম্বা পূন্নমক তৌখ্রবনিনা ইবেন্না ইপুগী লমন কবিমতা তোন্দ্রে। পাঙথোকপিখ্রিবা মযামদো অদুনা লমনশিংবা ওইববনি। ঐমক্তি ইপুগী মশক অদো অমুক্তং যেংজহৌগে লাকপনি। লাইবক থীবা মবম্না উবা ফংহৌদ্রে। অদুবু ইবেন হন্নবা তৌবগে হাযবল্লগা ইবেনদগী কাযনা যাথং লৌবগা থোবক্লে। ইবেনদি মাঙ্গোল উখোকতেন কোন্দুনা মপি চদুম শিছু ঐখোযবু যেংদুনা লৈহৌই।

অদুদৈ য়ুথ ক্লবকী নহাবোল ময়ামগা লোযনদুনা ক্লবকী শঙ তান্না লাক্রে। ঐখোয মযাম পুন্না ফম্মিন্নদুনা ৱা কযা থন্নবে। খৌপুম খুন্দা নুপীগী ওইবা মহিলা মণ্ডলগী সংস্থান অমতা লৈতে হাযবদৈ গ্রাম সেবিকা অমদি ক্লবকী মেম্বরশিংগা তান্নবগা খৌপুম খুঙ্গংগী নুপীশিংগী ওইবা লুপ অমা অথুবা মতমদা শেম্মু। নুপীশিংগী শেন্দান লম্বী অমা শেমদবা যাদে হাযনা গ্রাম সেবিকাদা শিন্নবন্নে।

মতৌ অসূন্না লাংথবান খৌপুম কবুই খুন্দো থাদোক্লন্নে।

# লৈশং খেকৱাইবা

মতম অমদা কোঙ্খৌজম হায়বা লমদম অসিদা হাওরোক কোঙ্খৌবেম্বা হায়বা অমা লৈবম্মী। নোংচুপ হাবম পাংবদগী তীনমু-লাইমু ফত্তবা চঙঙকপা মখেবু থিংবা তাঙ্খোকপনা মাগী মথৌ ওইবম্মী। কোঙ্খৌবেম্বগী তাল্লোযগী মমিংনা শনদোং হুইমু লৈমা কৌই। মতমগী মতুং ইন্না কোঙ্খৌবেম্বা কোঙ্খৌবেম্বী অনী অসিগী মমোম লাঙলেন অমা ফংজবে। পলেম পঙ্খৌ অনিনা মমোম লাংলেন অসিবু নুংশিনা তম্ফা হাযনা মিংথোলজৈ।



কোঙ্খৌজম তম্ফা লাইবেম্বীগী শন্নাংনা শাইওনখি থাজনবা শিংঙেল লৈবাং লৈশং খেকৱাইবা।

শনদোং হুইমু লৈমগীদি তাঙনা পোকচবী মমোম্নি। কোলোয মীংলেন নীংথিবী ইবেম্মসি শিঙেল্লক্তগী হেনজবকপী, লৈবাংলক্তগী অথোইবীনি। তম্ফা কৌবী ইবেম্মা শিঙেল চাউবা লেপফাবে, লৈবাং শাংবা লেপতম্নে। নোংমগী কোবৌ নুমীৎ অমদা পযা চেপসি লোং, শঙ্গাই যাইনম লোং নুজা খুৎতা পাযদুনা লাইজা ঈপাল লাংলুগে, ইমু মযোল শৎলুগে, লেমলৈ ঙাবু তাল্লুগে হাযবদুনা নুজা খোঙদোই হুল্লকইদা।

চীংঙু লাইগীদি লাইবৈবাক্তা, খোইযুম লাইগীদি লাইনিংথৌ অৱাং পাখঙ যুবেনবা কোবৌহনবা লাইনিংথৌ চীংঙু নোংথৌ শোবাবেন কোবৌ লাইবৈবাক্তগী মীৎযেং শানখৈবকপদা শনদোং হুইমু লৈমগী মমোম লাংলেন ইবেম্মা তম্ফা কৌবী নুজানা ঈপাল লাং ঈকু শাদেংদুনা লৈবিবদু কোক হেক উকবে খোইযুম লাইনিংথৌনা।

নুবা ইবেম্মা তম্ফা মাবু চীংঙু লাইনিংথৌনা খোযদাকবে। নোংথৌ শোবাবেল অতিযা থক্তগী মালেম লৈদা নোঙ্গুম্লক্লে। তম্ফা নাক্তা থুংলবে। নোংথৌ শোবাবেলনা

নোঙ্মুনক্রগা তম্ফা মকাদা চিঙ্গোই মপাউ মেল্লকই অসূন্না— নুজা ওইবী নহাকপু নমু তাইবং মপোক্তা পোক্লবসু, নুংঙাই যাইফবী অমা ওইববসু চীংঙু লাইবৈবাক্তা যৌবসি লাই মবক্তা তিল্লসি। চীংঙু শোবাবেল ঐগী তালোয ওইবো। নুজা নঙবু নোঙ্গাবসি হায়না যাথং পীবক্লবদা তম্ফা কৌবী ইবেম্মনা যারা পাউখুমজবকই—

অৱাং পাখঙ যুবেনবা কোবৌহনবা লাইনিংথৌ, চীংঙু নোংথৌ শোবাবেন। নুজা ওইবী ঐহাক্তি নমু তাইবং মপোক্তা পোকপিনি পঙ্থৌ ইপা ইবুংঙো, পলেম ইমা ইবেম্মা শনদোং হুইমু লৈমনা ইনুং য়োইমযায মালেম অঙানবসে লীৱা লীগুম খোই খোইনা লোইবী নোংচুপ চীংশাংদা মালেম নেম-নেম হাইথখবে। ইনুং নুমিৎ তাবগা অমম্বা নাবল চল্লবদি পলেম পঙ্থৌ অনীনা ইপাগী লাংলেন ইবেম্মা, ইমাগী ইমোম চবৈহন কোবৌ নুংথিল নুমিৎ চুপ্পবু লাইজ ইপাল লাংখিবা ইমু মযোল শথখিববু ইনুং নুমিৎ তাখবে অমম্বা তুবী নাবল চনখবেদো। ইমোমবু কৈদা লৈথ্রবগে হাযদুনা হাওবোক কোঙ্থৌজম খুঞ্জাওদা খাগা ৱাংগা চেন লৈমায থক্তা তীনবী পূনাইদবীনা মালেম লৈমাযথক্তা ওনবগুম পঙ্থৌনা কবম খাঙগনি পলেন্না কবম খাঙগনি। পঙ্থৌ শেৎনবা ঙমজবোই পলেম কাযনবা ঙমজবোই। অৱা পাখঙ যুবেনবা নুজা ঐবু পুবিগনু ঐবু থম্বিবম্মু।"

তম্ফাগী মপাউ তাবদা নোংথৌ শল্লাইবেন্না খল্লী নুজা অসি থেম্বা যাববোই হাযবা খঙলদুনা নুজা মাবু খুজেং পাল্লোইনবদুনা নোংমদোন লাইবৈবাক তল্লদুনা চিংখৎলি। পঙ্থৌ খাইনা মৈচাক্লা পলেম শেৎনা মৈচাক্লা নুজা ওইবী মহাক্তো নোংলেন খোংবগুম কপচৈদো। নুজা ওইবী মহাক্কী লুতুং শল্লাং নীংথিবী কোঙ্থা ফাইবেন ঈ গুম্বী নুজাগী শল্লাং ফোযদুনা হীক্লা হীক্লা কপ্পবু তম্ফাগী শল্লাং শমবুলনা কোৱৌথক্তা পাইবদো খঙ্গোল মানা পুখিবনা কৌব্র চীংগী চীংমাযদা পামেল হৈক্রেং উপালগী উফেথক্তবু পনখিযে। অসূন্না পনখিবা তম্ফাগী শল্লাং অদুনা লৈশং খেকৱাইবা হাযনা লৈবাং শাযোন্দুনা লৈখিযে।

লৈশং খোকৱাযবগী মবমদা ৱাবী মতেক অমসু ওজা খোংনাংনা লীবিবম্মী মদুদি — কোঙ্থৌজমগী তম্ফা লাইবেনবী অসি শল্লাইবেন্দা ওংদুনা লৈখবে। মতমগী মতুং ইন্না মপাবী অমা ফংজবে। মপাবী অদুগী মমিং খোঈবিফাবা হাযনা কৌই। খোঈবিফাবনা চহী ৩ শুবকপা মতমদা মমা ইবেম্মা তম্ফানা শল্লাইবেনগী যাথং লৌবগা মালেমদা লৈবা মপাম লমদম কোঙ্থৌজমদা নোঙ্মুমখি। মতম অদুদা

মপাবী খোঙ্গবিফাবদি খোমলেন তুমখুন তান্দুনা লৈহৌই। মমা ইবেম্মা তম্ফাদি মালেমদা চাকমাং চায য়ুমাং থকই হায়দুনা তম্ফানা নোঙ্গুল্লকপা মতমদা থাবীবা সনাগী কৈবাক অদু শল্লাইরেলনা শাউদুনা চিংখৎখরে। তম্ফা মালেমদা লৈবা তাখ্রে।

লাইবৈবাক্তনা কবম তৌবি হায়বদা অঙাং খোঙ্গবিফাবনা খোমলেনা মিৎকপ থোক্লক্লবদা মমা লৈবমদবে। মমা লৈবমদবা অদুদা অঙাং অদু কপলক্লে। মপন পম্বৌ ওইবা শোবাবেন্না থেম্বদা কপ্পা লেপ্পু হায়বা যাদ্রে। লাইযাম চঙদুনা থেম্বদসু কপ্পা লেপত্রে। নুমিৎ হুমনি শুবে অঙাং নাৱা অদুনা কপ্লিবা। অঙাংগী যাইবী থৱায মাঙবা তাবে হায়না খন্নবে। মতম তানজা অসিদা পোইনাওতা অমদি পোইনাওতাবী অনীনা লৈশং খেকৱায়বা লৈবাং চবোং অমা পুদুনা চঙঙকই। লৈবাং অদুগী মনম অঙাং অদুদা নমহনবদা মমাগী মনম ফাওবক্তুনা অঙাং নাৱা অদু কপ্পা তোকখি।

মবম অসিনা লৈশং খেকৱায়বা হায়বা অসি অচম্বা লৈবাং অমা নত্তে। মতীক মযাই যাম্বা লৈবাংনি। অদুনা ঙসি ফাওবদা কংলৈচা ঐখোয়না কুমগী চৈবাওবা খুদিংগী লাইদা হৈকৎ লৈকৎ তম্বদা লৈচন অমা ওইনা হাপ্পবিবা অসিনি।

মাঙফদবগী মবন্না পোইবৈ চাদোন্নংদা ৱাঙম সুদোন্নংদা কোম্বৌজম তম্ফা লাইবেম্বী শন্নাংনা শাওনখিবা শিংঙেল লৈবাং লৈশং খেকৱাইবা হায়না লৈবিবা অসিনি।

*ৱাবী অসি খোংজোম পর্ব্ব শকপা লৈখিদ্রবা ৱাংঙুগী ওজা খোংনাংনা লীবিবম্বনি।*

# শীঙেল থম্বাল উথম্বান



উ থম্বাল



থম্বাল

চীংঙু থাংজীং খুভমদা তলা পামেল অমদা শীঙেল লৈবাং অনীথক খাব্রাংননা শাৎলম্মী। ইবুধৌ থাংজীং মযাথং তাকপীখি শীঙেল অমনা থাংজীং খুভমদা শাৎহৌবসনু অদুগা লৈবাং অমনা মোইবাং লাইজ তুবেল্লু মবিন্দা শাৎলুবসনু অসূন্না।

মোইবাং থাংজীং কুমগী কুমদম্লকপদা লাইজ ঈবোইননা লৈবাং লৈচা অমদি মোইবাং তুবেল্লু মবীন্দা তাউথখবে। লৈবাং লৈচা অমনা লোইবী চীংদা পামেল উপালদা শাৎহৌই।

মোইবাং শনশেন নহা পাখঙশিংনা কাওবেন শনবু শেনবদা লাইজা ইখৌ লাংদুনা ইমু মযোল শংপদা তুবেল্লু ঈচেলগী ঈমাযথক্তা তাউথবকইবা শীঙেলদুবু উখি। তাউজীং হৈবাংনিসু খঙদে শীঙেল লৈবাংনিসু খঙদে তাউথবকইসিবু কবিনো যেংসি অসূন্না হাযবদুনা লৈবাং মাবু লোক্রে, শীঙেল মাবু লৌখৎলে।

মতম অসিদা কেগে মোইবাং লৈবাক অসি নিংথৌ পোংলেন হনবনা লৈবাক ঙাকপা মতম্নি। শনশেন নহা পাখঙশিং অদুনা মখোযনা লোক্লিবা পোৎশক অদু পায পাযদুনা যেংনৈ। অমগা অমগা হংনৈ কবিনো কবিনো হাযনা। লৈবাংদুবু পুবক্লগা শিন্নবৈ। খুলগী অহল লমনগী মখুত্তা। খুলগী অহল লমনশিং অদুনা অমুক মোইবাং নিংথৌ পোংলেনহনবগী মফমলাংদা শীংঙেল লৈবাং অদুবু কৎলি। নিংথৌ অমদি খুলগী অহল লমনশিংগা লোযননা থন্নবে। হৈশক লৈশক খঙদবনিনা মাঙহনফদে হাযদুনা মপু কংলা ঈশাযযু কোন অমগী মনুংদা হাপতুনা থম্লে।

মতম খবা হৌখ্রবগী তুংদা মোইবাং নিংথৌ পোংলেনহনবনা মদাইবেমশিংবু কৌশিল্লগা সনা যাথং তাকপিবকই ইদাইবেমশা। নহান্নোং কংলা ঈশাযফু কোন অমদা থমখিবা হৈনি লৈনি মশক খঙদবা পোৎশক অদুবু মোইবাং লমদম কদোমদনো কেগে মফম কৈদনো শীঙেল মাবু থাকবো লৈবাং মাবু থাকবো অসুম হাযনা তাকপিবক্লে।

মপু মাগী সনাযাথং ফংলবদা মদাইবেমশিং অদুনা ব্রাকযৈ হিবু তোংদুনা লোক্তোক ঈপাক তমখ্রে। তোংজোং নৌবু পাযবদুনা কেগে মোইবাং লোক্তোক লাইখুপাৎতা পোৎশক অদুবু থাকবে। শিকন্নাং তাংদা অচুম্বনা নেম্বী ফৈবোই থা লৈবাং মাবু লৈথাবম্মে যাবা অবিবনা খাগা থা লোইদাম অনৌবনা থক্কা থোং শীঙেল মাবু থাবম্মে। লোইদাম মকুম মথা ওইবকপগী ইঙা কুমদমলক ইঙেল কমখাইবব্রবদা হাভাই কোন্দে নুবাবীনা লৈবায শৈশক তোযবক্লবা মতম অসিদা মোইবাং নিংথৌনা চিঙ্গাই মপাউ মেল্লকই ঃ-

কেগে মোইবাংগী ইদাইবেমশিং অঙম্বা। নহান্নোং লোইদাম থাজা খবগী মমাঙদা হৈনি খঙদবা লৈনি খঙদবা পোৎশক অদুবু লৈবিব্রা মাঙখ্রব্রা ইপুখোয হাযনা পাউহংলকখি। অসুন্না নিংথৌনা পাউহংলক্লবদা পোৎশক অদুবু থিবা নিংথৌগী মদাইবেম অহল লমনশিং অদুনা ব্রাকযৈ হিবু তোংদুনা তোংজেং নৌবু পাযদুনা কেগে মনুং নুংজেং পাৎ, মোইবাং লাইখু পাৎ তম হি হোনখি।

কেগে নুংজেং পাৎ মোইবাং লাইখু পাৎতা লাইজা ঈপাক্কী ঈমাযথক্তা শীঙেল মনা ইশং শং লৈবাং মপান্না ঈঙাঙ ঙাঙ শাৎলম্লে। কবি ওইবগী মফজনো? কবি ওইবগী মনিংথিজনো? কবি ওইবগী মনুংশিনো? শীঙেল মাবু হেক্তুনা লৈবাং মাবু হেক্তুনা পুবক্লে। মপু মোইবাং নিংথৌগী সনা খুৎ যৌবক্লে। চীংঙু থাংজীং লাইদা

কহত্তবা ম্নাদে ইপুখোয হাযদুনা নিংথৌনা লৈবা" মাবু ইবুধৌ থাংজীং লাইগী খুযা থাদা কথখিযে।

মোইবাং নিংথৌগী সনাযাথং মতুং ইন্না তাউজীং হৈবাংনি খণ্ডদবা শীঙেল লৈবাংনি খণ্ডদবা হৈবাংনা লৈবাংনা মমিং অমা থোল্লসি। ইপু মোবী মাইবা কৌকুরো হায়না তাকপিবক্লবদা ইপু মোবী মাইবা কৌকুবে। ইপু মোবী মাইবনা হায — কংলা ঈশাযফু কোন্দা থমলুবা মবম্না "থম্বাল" হাযনা কোলোয মমিং থোল্লসি।

মালেম লাইজা ঈপাকথক অসিদা শাৎপা লৈবাংনা লৈবাং থম্বাল হাযনা মিংথোক্লে। চীংঙু থাংজীং খুভমদা লোইবী চীংদা হৌবা পামেল উপালদা শাৎপা লৈবাং অদুবুনা শীঙেল "উথম্বাল" হাযনা কোলোয মমিং থোল্লসি অসূন্না কেগে মোইবাংগী ইপু মোবী মাইবনা তাকপিখিযে।

মসিগী মতুং ইন্না লাইজা ঈবোলনুংদা হৌবগা ঈপাকথক্তা লৈশাৎ তম্বা লৈবাংবুনা "থম্বাল" অদুগা লোইবী চীংদা পামেল উপালথক্তা লৈশাৎ তম্বনা শীঙেল "উথম্বাল" হাযনা খণ্ডনবিবা অসি ওইখিবনি।

*রাবী অসি খোংজোম পর্ব্ব শকপা লৈখিদ্রবা রাংড়গী ওজা খোংনাংনা লীবিবম্বনি।*

# খাইদেম প্রমোদিনী খাঙানবা
## ক্লাকৈথেল থোকচোম লৈকাই, ইম্ফালগী
## ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১/ | লাংলেন থাদোই | ফিল্ম স্ক্রিপ | ১৯৮৪ |
| ২/ | খোর্জেংগী মঙলান | শৈবেং | ১৯৮৪ |
| ৩/ | লোইজিং লোইযা শৈবেং লৈ | শৈবেং | ১৯৮৪ |
| ৪/ | থিঙেল লাইজা ইবাওখোল | শৈবেং | ১৯৮৪ |
| ৫/ | ইমা খুলাকপিগী নোঙাং হৈদো | ৱাবী মচা | ১৯৯০ |
| ৬/ | অবোক্কী মঙলান | প্লে | ১৯৯০ |
| ৭/ | কবোক ওইখ্রবী কবোকলৈ | প্লে | ১৯৯০ |
| ৮/ | মহালক্ষ্মীগী খুপাই সেল | প্লে | ১৯৯০ |
| ৯/ | নুরা য়াইথিঙ কোনু | ফোক্ষ ষ্টোরী | ১৯৯১ |
| ১০/ | হেন্নোই হেন্নোই মী হেন্নোই | শৈবেং | ১৯৯১ |
| ১১/ | ইত্রিশংকী কুল্লি নুপী | লমকোই ৱাবী | ১৯৯১ |
| ১২/ | খুমন খম্বা | ফোক্ষ ষ্টোরী | ১৯৯২ |
| ১৩/ | তোর্বুংগী তেবা পাম্বীদা শাংপা মৈবুল | লমকোই ৱাবী | ১৯৯৩ |
| ১৪/ | তোকপ্তা মথুম হাংবা | কোমীক | ১৯৯৪ |
| ১৫/ | কংলবা সনারৈ ময়াম | নোভেল | ১৯৯৫ |
| ১৬/ | ইবেন মায়োগী লৈপবেং | লমকোই ৱাবী | ১৯৯৬ |
| ১৭/ | তোকপ্তা চবোং | কোমীক | ১৯৯৬ |
| ১৮/ | ঐ নাহোই চাঙাবোইএ | প্লে | ১৯৯৬ |
| ১৯/ | হৈয়েন চাবোং অচুম্বা | প্লে | ১৯৯৬ |
| ২০/ | মুক্তা পবেং | ষ্টোরী | ১৯৯৬ |
| ২১/ | ইচে থোইবী অমসুং অতৈ ৱাবীশিং | ৱাবী মচা | ১৯৯৭ |
| ২২/ | এন্তোনী দোলাইপাবা | প্লে | ১৯৯৮ |
| ২৩/ | খুনাইসিগী থোক লীলা | ৱাবী মচা | ১৯৯৮ |
| ২৪/ | সিঙেল লৈবাং | শৈবেং | ১৯৯৮ |
| ২৫/ | ইখোল মচেৎ অমত্তংগী | ৱাবী মচা | ১৯৯৯ |
| ২৬/ | নাবা সিনদম সৈহৌ | অঙাংশিংগী (বাইমস) | ২০০০ |
| ২৭/ | হনব্রে হনফম মণিপুব | লমকোই ৱাবী | ২০০১ |
| ২৮/ | তাইবংপান ওইবকখিবৈ য়েলহৌঙৈগী ৱাবী | ৱাবেং | ২০০৫ |
| ২৯/ | কংলৈবাক্কী ৱাবী মচা মচাশিং | ৱাবী মচা | ২০০৬ |

## মখোংদা ফোঙলগদবা লাইরিক খরা

৩০/ হৌথ্র মতম নীংশিংলুবদা, ৩১/ পাম্বোইবী লাঙোন,

৩২/ কোম্ৰৌজম তম্ফা লাইবেনবী ৩৩/ শক্তম অহুম, ৩৪/ চীংজেল নাবল পাঙ্গলবা